# নৈশাংখোং লাইকম্মেলেল্‌শিং অমদি কাংলোল পরীং




ফোংদোকচবা
'কংলৈ নাৎ নৈন লুপ্‌'
যুম্নাম হুইদ্রোম

# লৈশাংখোং লাইফমলেনশিং অমদি কাংলোন পরিং

পোম্নিং কাংলা ঃ

যুম্নাম রাজেনকুমার মঙাং য়েক

যুম্নাম ভুইদ্রোম মখা লৈকাই

ফোংদোকপা :
কংলৈ নাৎ নৈনা লুপ
য়ুমনাম ভুইয়োক



অহানবা ফোংবা :
লাংবন ২২ নি পানবা ইবাই
অক্টোবর ১, ১৯৯৯ ইং

লাইরিক মশিং ১৫০০

মমল লুপা ২৫,০০

নমফম : মালেম প্রিন্টরস খুরাই শালানথোং।

# য়াওফম-তাকপা

হিরম — লৈমাই

— (※) —

# “রাহৈ খরদং”

হু ঈ শিদবা নাওৌহিং পুলেংবনু খুকমজহুনা “লৈশাংখোং” লাইফমলেনশিং অমদি কাংলোন পরিং’ কৌবা লাইরিক ‘অসিনু ওাশিন-খোমজিন্নীবা কংলৈ নাং নৈনা লুপকী ইচা ইনাওশিংবু মতম কুইনা য়াইফবা পীনবীরসন্নু।

লাইরিক অসি কুপ্পা পারে। লৈশাংখোং লাইফমলেনশিংদা মতম অমা নিংখৌ পাল্লিদৈদা কোন্নুং শাগনি ওৌরম্বা লৈশাংখোং মকদা লৈবীবা লাইকান্নুং অমদি মাগী অকোইবদা লৈরিবা অহকপা লাই-ফমলেন কয়া মচা ওানা মপম বিন্দুনা ওশেং ওশেং ওান্নী। লাইফমদুগী চৈকং লৈকং উংলি। কাংলোন পরিংদা শুবিকা মখল ৭ ওাী লৌখংলগা কনিগী ওংনরিবা, ঈ-খু.দ. লৈরিবা, থাশি মাইথৈ ওৈরিবা শা-ঘন জিব পুংথাক পুশিন য়াত্রিবনো, থা থাদা পক্নবা ক্ষমিংনচিংবা সুস্তালবদা চাক্লবা য়াদ্রবা মচাক কয়ামরুমবু লৌখংহুনা নৈনরী। খরদি কুপ্পা অখং-অহৈ ওান্নহুনা নৈনরে। মতুংদসু অসিংঙল্লবা মমল য়ান্নবা লৈবাক অসিগী চংনা লোনচং ফিংকেং চাকচা লাইফম ওিনফম কয়াগী মবমদা নৈনরক্লবা কংলৈ নাং নৈনা লুপ য়ুন্নাম হুইদ্রামগী ইচা ইনাওশিংগী মফমদসু নিংশিংহুরী।

লৈবাক্কী মাইচৌ পুরেন
কোনশম য়াইমা মৈতৈ
পণ্ডিত অচৌবা

# 'নোল্লুকচবা'

শোক ১৯৬০ দগী কংলৈপাক ( মনিপুর ) অসিগী লাইফমলেনশিংবু চংচহুনা লাইফম লাইফমগী ওইবা চীংঙু লাইগী হৌরকপগী পুরারী, মৈতৌরোন্দগী লৈরকপা চীংঙু লাইফমলেনশিংগী পুবারী থিজিনহরকপা কয়াবু নাকোইন্না থমজরগা লৈশাংখোং লাইফমলেনশিংবু ইথোকচবদা ওসি খুন্নাই অসিদা লৈনীরিবা অখং-অহৈ অমদি মাইচৌ কয়াগী মফমদা নোল্লুকচরী। ইজরীবা লাইফমলেনশিংগী মফম লোইনা ইথোকচবা য়াদবা মরম থর লৈবদগী তেন্না হকপা লাইফম থরদি মফমবু নাকোইন্না থমজরগা ইজরে। লাইরিক অসিবু ইজবগী মরমদি ইরমদম অসিদা লৈরীবা চীংঙু লাইফমলনশিংবু খিজিনবা কংলৈ নাং নৈনা থুপকী ইচা ইনাওশিংনা পুথোক্লবা খিজিনলকপদগী অফ-ফত্তা কুপ্পা তান্নরবা মতমদা পুথোকচবনে। লাইরিক অসিবু পুথোক্লবা হোংনবদা মকংওইবা থৌদাং লৌরিবা কংলৈ নাং নৈনা পুপম্ব মতম শাংনা মরামগী থৌগন তৌবা ওম্বা ওইসন্নু।

খুরাইজম ইবোবী মৈতৈ
য়ুন্নান ওইরোম ময়াই লৈকাই
কংলা নোংদম ওলেন
" অমাহনা "

# 'ৱামাং য়ানবা'

লাইওইশ্রবা ১ দি ইথকথোংবা লাইগুরুকশিংনা মগুন লৈরবা লাইরিক কয়া পুথোকখ্রবগী মতু ইন্দুনা পাংজদ্রিবা কংলৈ নাং নৈনা লুপ্পা কুপ্পা নৈনজরগা "লৈশাংথা লাইফমলেনশি অমদি কাংলোন পরিং" পুথোকচরী ।

লাইরিক অসিদা মরুওইনা নৈনজরীবদি লৈশাংখোং হায়না ইতিহাসনা মকম চাওনা কন্দনা লৈরীবা খোংজিন অসিনা কোল্লীবা নামদনসিদা লৈরীবা লাইফমলেন অহকপশিংবু খুঞ্জাশিংনা তাখি তাওই লৌবীনদগী লাইগী খুদা লাইওক তিনওকপা নোংশিং নোংচুম কয়া সংবদগী ডাক্তরনা ফাওবা লাইয়েংবা চমদবা লৈনা কয়া মশিং নাইদনা খোংবক্লে । তুমিং থবান য়েংদনা অশিংবা থবক লৌরম তৌজবদগী শিংবা কাইবা শিবা নাবা খোংদাক কয়া থেংনরে । অথং অহৈশি হায়তুনা লৌরীবশিংনা খংদবশিংবু লান্না লমজিংবা মরম চাদবদা হেন্না থাজবা লৈনরে । মসিবু খরদং কোক্লবা উপাই ওইনবা লাইরিক অসি শেমজিল্লবনে লাইরিক অসিদা করম্বা তুমিং থবান্দা করম্বা থবক খৌরম তৌবা ফবগে করম্বনা ফত্তবগে ? করিগীদমক ফত্তীবনে । ফত্তবদো করি লৌরগা কোক্কদগে হায়দো মৈতৈ ইপা ইপু অদিদা লাইওইরবশিংনা ইতুনা থম্বীরম্বা শুবিকা মথল ৭ অমদি মথী লৈনবা লাইরিক কয়া খুঞ্জাশিংদা লৈরম্বা অহল লমন অথং অহৈ কয়াশিংগা কুপ্পা নৈনা তান্নরগা লাইরিক অসি পুথোকচবনি । ইরমদম অসিদা লৈরীবা লৌনা য়াইফ য়ুম্বাল তমথংলক্লীবশিংনা লাইরিক অসিবু নৈনদীতুনা থরদং কান্নবা ফংবীরবদি কংলৈ নাং নৈনা লুপ্পা সাইকন্দা

কোইনা চংচন্নবা অরা-অনা কয়া মাইয়োক্নবা নপাল শাংলগা, খুনাইচা কয়ানা তাথি তাঙই তৌনীরকপগী তাঙজি হৈরাং অমুনবা খরদং কংজরে হুংঙাইদ্রগনি। নৈনজর্রাবা অসিদা অখং অহৈ কয়ানা মরিক চুন্না তাকপী তম্নীরকপাশিংবু ইকাই খুম্নবা উংচরী।

President
KangleipaK Neina Lup.
Yumnam Rajenkumar
Astrologer Mangang Yek
Yumnam Huidrom

# ৱারোল খরদং

অহানবমক্তদা ইরৈবাকচা খুদিংমকপু কোক নোনজরি লোইনন৷ ঐখোয় "কংলৈ নাং নৈনা লুপ" না কংলৈ মীয়ামদা অহানবা ওইনা খুদোল তমজরিবা লাইরিক অসিগী মরমদা ৱাহৈ খরদং ফোংদোকচরি। ঐখোয়গী খঞ্জবা মংলান অমখক মংফাওনতুনা তাইবংদা খুদোল তম্বা ঙমজরে হায়না খল্লুবদা অসুক্কী মতিক নুংঙাইজে থম্মোয় পেঞ্জে। পুথোক্লিবা লাইরিক অসিগী মমিং "লৈশাংখোং লাইফমলেনশিং অমদি কাংলোন পরিং" তাবখক্তদা কংলৈচাশিংনা লাইরিক অসিগী মনুংদা য়াওরিবা মচাকশিং অদু করিনো হায়বসি ৱাখলনা লামসিনবা ঙমগনি অমদি তুংগী মীরোলগী খন্দুনা অরিবা ইপা-ইপুগী লাইরিক পুয়াগুম্বা, নত্রগা লাইফমশিংগী মরমদা নৈনবা, থিজিনবা মীওইশিংনা লৈশাংখোং হায়বা ৱাহৈসিখক তাবদা লৈশাংখোংগী মরমদা করিগুম্বা মচাক খরা য়াওরে হায়বসি থম্মোয়দা ফাওগনি। মসি লাইরিকসি পাড্রিঙৈদা অমদি নৈনদ্রীঙৈদা মী অমগী থম্মোয়দা ফাওগদবা ৱাখল অমদি পুক্নিংগী ইখিল অদুবুনি। লাইরিক পারবা অমদি নৈনরবা মতুংদদি অসুক্কী মতিক কান্নবগী মৈঙাল অমা মম্লবা কংলৈ খুন্নাইদা "লৈশাংখোং লাইফমলেনশিং অমদি কাংলোন পরিং" কৌবা লাইরিক অসিনা মৈরা ওইদুনা অনৌবা খংলমদবা য়াংদৌ (লম্বী) অমা ফংগনি হায়বসি থাজে ৷৷

লাইরিক অসি মিংয়েং অনীথোক্না য়েংবা য়াই অহানবদা লৈশাংখোংদা লৈরিবা লাইফমলেনশিং থিন্দুনা তাকই অমদি অনিশুবদা লাইফমলেনশিং অদুগী ইরাং থৌনিরোলশিং, নুমিৎ থবান্নচিংবশিং মচা খায়না তাকই। মসিবুনি ঐখোয়না কাংলোন পরিং হায়না ইজরিবসি।

মরম অদুনা পুথোকচরিবা লাইরিক অসি পাবা নৈনবা য়াবা লাইরিকশিংগী মনুংদা অমা ওইগনি হায়বসি ঐখোয়গী থাজবনি।

ঐখোয় মীওইবনা ফনা চাওখৎলবসু লাইনিংবগী নত্রগা লাই খুকুম্বগী চংনবি অসিদি কৈদৌউৈদসু তোক্ক্ররোইদবনি। অদুনা তৌগদবা লৈরবা ইথৌ অমদি থবকশিং অসিদি য়াম্না চুম্না শোয়দনা পাংথোকপা হায়বসি ফৈ। মসিনা মরম ওইরগা লৈশাংখোংগী লাইফমলেনশিং অসি খ্দোক্লগা মতুংগী ইরাৎ থৌনিরোলশিং অচুম্বা পুংফম অমদি মতম চপ চানা পাংথোকপা হায়বসি য়াম্না কান্নগনি। মসিদি লৈশাংখোং লাইফমথক্কী রাফম নত্তে কংলৈপাক্তা লৈরিবা লাইফম খুদিংমক্কীনি। ঐখোয়না হায়রিবা লৈরম্লিবা লাইফমশিং অসিবু থিজিন্দুনা মতুবু ঙাক শেন্দুনা ইরাৎ থৌনি পাংথোকপগা লাইফমশিং অসিবু করিগুম্বা থৌশাবিদনা, ইরাৎ থৌনি তৌবিদনা পংলৈ মরৈবগা অনি অসিগী অমাং অতোং চাংদমম্নগদবনি। অদুবু ঐখোয় মীতৈ কাংলুপ অসি লাইফম তিনফমশিং অসি থিজিন্দুনা য়োকথংপা অমদি ইপা ইপুগী লিত্রমশিং খোঙ্গুল লিবগী চংনবী ইরৈ লৈতে।। অদুনা হৌরক্লিবা মীওইশিংনা লৈরম্লিবা লাইফমশিং থিজিনদুনা ঙাক শেনবা অদুগা তুংদা লাক্কদবা মীরোলশিংগীদমক থোঙগী নাচৈ কাংবিরমগদবনি অসুম্না মথং মথং শমথরক্কুনা ঐখোয়গী লাইনিং লাইশোন চংনবী ইরোল ইয়েক চাওখৎহন্নবা হোৎনেগদবনি মতুংগীদমক ঐখোয় হিংগদবনি। মতম অদুদা মালেমদা লৈরিবা মীওইশিংনা মীতৈ হায়বা অসি শক খংবিরক্কনি। লোয়শিল্লকপদা থমজরিবা রাফম অমনা লাইরিক অসিমক মীতৈ ময়েক (কংলৈ ইয়েক) অমদি বঙ্গালি ময়েক অনিমকতা পুথোক্লবা হোৎনজবনি অদুবু শেল থুমগী অরাবা অমদি লাইরিকসিদা তাক্লিবা লাইফমশিং অমদি ইরাৎ থৌনিরোলশিং অসি হৌজিক্কী মীরোল অসিনা পাবদা খরদং খুদোং চানবা হায়দুনা বাঙ্গালি ময়েক্তা ইজরবনি। মসিগীদমক ইরৈচাশিংনা রারোৌবিরোই। অমদি মতুংদসু ঐখোয়না অসিগুম্বা

লাইরিকশিং পুথোক্লবা হোৎনজগনি অতুগা অতুগুম্বা খুংনমশিংদা মীতৈ ময়েক্তা পুথোক্লবা শোয়দনমক্কী হোৎনজগনি। লোয়ননা লাইরিক অসিগীদমক পুকচেল শেংনা অশোই অরান অরাং-অপা তাকপিরকপা খিবিকস্থু হরাওনা লৌজগনি। কংলৈপাকনা য়াইফরে ..... ॥

অদোমগী,

তেনচম তেকচাম্বা মীতৈ

খোবুরেল

কংলৈ নাং নৈনা নুপ

ময়াই শেংইশঙ : যুম্নাম হুইদ্রোম

# "ৱাহৈ খরদং"

ঙসি ঐখোয়গী লৈবাক কংলৈপাক লাইরৈপাক ( মনিপুর ) অসিদা ঐখোয়গী ইশাগী ঈয়েক লাইনিং লাইশোন চংনবী অমদি লমদমসিগী ওইবা লম্মীৎলোননচিংবা মখল মখা কয়াগী ওইবা মশক-নাইরবা লাইরিক কয়া অমা ইথক থোংবা শক্লাইরবা ওজা লাইগুরুশিং কয়া অমনা মমাংদা পুথোকপীখ্রে। মতুগী মতুং তাবা ওইনা লৈথেং লৈচনজবা অমা ওইনা তোপ তোপ্পা মওংদা লৈপরেং ওইনা লেংজহনা অমুক্কা হেন্না খুদোং চানবা ঐখোয়না মীয়ামদা খুদোল তমজরী।

ঐখোয়গী "লেশাংখোঙ লাইফমলেনশিং অমদি কাংলোন পরিং" হায়বা লাইরিক অসি ফোঙনবগী মপুং ওইনা শাগৎলকপা মতমদা খুঙ্গংসিদা অমদি লৈবাকে অসিদা লৈরিবা অখং অহৈ ইথকথোংবা অমদি লাইগুরু কয়ানা লমজিং লনতাক পীখিবা অমদি লাইরিক অসিবু মপুং ফানবা কননবা হোংনবীখিবা লুপ অসিগী প্রেসিডেন্ট শ্রীয়ুম্নাম রাজেনকুমার (*Astrologer*) অমসুং লুপ অসিগী *Adviser* শ্রীখুরাইজম ইবোবী মৈতৈ অনিবুসু পুন্সি-সিমগী শিংবা চংশোইদবা লমন অমা তোনশিনজরে। অদুগা লাইরিক অসি ফোংদনবা হোংনবদা *Ref.* লৌজখিবা লাইরিকশিংদি—লৈশাংখোঙ খিলেনং লাইশাংখোং লাইফম. ৱাংগোই লাইফমনচিংবা অমদি শুপীকা মখল ৭ (তরেৎ) অসিনচিংবশিংনি।

অরোইবদা হায়জনিংবদি লাইরিক অসিবু পুথোকচবগী মরমদি লমদমসিদা লৈরিবা মীওইশিংনা লাইরিক কয়া পারুরবস্থ অশেংবা লাইগী খুভমদি ঙসি ফাওবা কয়া কুপ্পা খংনদ্রি। অতনা লাইরিক অসি পাবীরগা খর মখৈ মীয়ামগী মীংনাকোং ওইগদরা খনজহনা পুথোকচবনি অমদি মসিদা তেংনবা থবান নচিংবা কয়াগী ফত্তবা খংদবা চমন্নবশিং খরমথৈম্ভ হাপচরে। মসিদা শোইখিবা হাইগদবনা হাইহৌদা-হাইরোইদোবনা হায়খিবা কয়াশিং পুম্না লাইগুরুশিংনা ভাকপীগনি অরানবা খিদিক তাকপীরক্লবদি অমুক্কা হেন্না থাগৎচগনি ॥

*Secretary Treasurer*
*Taorem Kumar Singh*
Kanglei Nat Neina Lup
Yumnam Huidrom

# লৈশাংখোং লাইফমলেনশিং অমদি কাংলোন পরিং

ওঁ হয়ি হয়া হে খোইয়ুম লাইনিংথৌ, অতিংকোক মরু শিদবা য়াইবী য়েনহৌবৈগী খেরে নুংগুম ওগুপ হৌ, পেংইদিং নোংথাং তরংলেন, লাইজ তরং ইপোকপা, নুংগাং মহারাবা, সন্নামহিরেম কৌবা ইবুংঙোদি মপুও, মমু পোংথোক মথংলেন্না খেনতন্নকপা, মিংরল উংলৈ নুংগী লাবা নয়াংখেক্লা লমতৌরকপা খোইয়ুম সনা নখোং থম্বাল লৈকা মানবদা নরা শৈদম পাল পাইমা শিলৈলোম্বনা খুংকাং তরা লোন্নবা ইচুগী কাইদা লিশিংনা চাংজৌ লারা পুনেমজহুনা লৈশাংখোং মরু-মরিন শিংনা লৈবা লাইফমলেন অহকপা থবুদবু লৌথংতুনা শৈথাজবদা তাথি শোইনাইবীগনো লাইনিংথৌও ॥

অতিয়া গুরু শিদবনা মালেম খোংগুম্নকপগী রারি পরিবু মাকোইন্না থমজরগা, লমমিংলোনগী মতাংস্থু থুপচিনজরগা মফম মফম অহকপগুদা শৈথজগে। ইমা লৈমরেলগী খুংগু থাংলেন রায়েন কাতি দগী থা মেরম পাংনা চৎলগা গুরু ও গী য়ুমফম লৈবনে। মফম অচুদা তাইবংমা সেন্দাই ১ মৈরা ও ধুপ ও, দক্ষিনা ও . . . . . . . কংচহুনা থৌনিরবদি অফবা পীনবীবনে। য়ুমফম অসিগী চিংখৈদা গুরু ও সিগী ফমদেং পুঙ লৈবনে। মফমসিদগী নোংপোক চিংখৈ ওইনা চৎলগা শাগোল মোরা পোকখিবগী খুবম মফম লৈবনে। খুবম অসিগী অরাংদা ইয়োককোম হরু৷ পুবা ১ লৈবনে। মফমসিদা থয়োম কংচরবদি তিন্থুং লাইথুং কোক্চনফমনে। ইয়োককোম অদো নহান নোংদা শাগোল মোরা মগী মচা অনিনা লাইজ ইথৌ লাংখিবগী মফমনে। ইয়োক কোমচুগী নোংপোক চিংখৈ পাংবদা

ইন্না ইমোইন্নু অহোং অচাওবীগী খুবম লৈবনে। ইমোইন্নু অহোং অচাওবী খুবমদগী নোংপোক পাংনা চৎলগা লমলেন ক্যানলৈ পাম্বী হৌরম্বা গুরু লৈমরেল অনিগী খুবম লৈবনে। মফম অসিদা তাইবংপাশিংনা হৈরোং হৈথেন ১, চে', হৈজাং, লৈ, . . . . . . . কংচহুনা ইরাং থৌনিজরবদি তাইবংদা মীমান্নবা ঙম্বা পীনবী হায়এ। খুবম অসিদগী খা মৈরম পাংনা চৎলগা পাখংবা ইয়োককোম অমা লৈবনে। ইয়োককোমহুগী অরাং থংবা মফমদো মালেম লৈরোন্নুং কাওনা চংপা লৈথুন অমা লৈবনে। মফমহুদা রারি খংনা হৈরোং হৈথেন ১, চোমলাং পরেং ১, ক্বা মরু মনা, ধুপ থাওমৈ দক্ষিনা . . . . . কংচরবদি তিনথুং-লাইথুং কোকচনা নিংবা থুদৈএ। থৌহু নুংবী নুংপাক লৈবনে। মফমহুদগী লাইজ ইরিন অরাং পাংনা চৎলগা ইবুধৌ য়াংপুরেল কমদেং পু' লৈবনে। মফম অহু লাইহল্লী (লাইথোং) খোংগী মকোক মরুনে। মফম অদো কুমজা অমাগী শরোই ঙারোই থুন্দিন্নফমনে। থেংনরবদি পাংদবনে। মফমহুদা তাইবং অখং অহৈনা হৈরোং হৈথেন য়াওনা . . . . . . . কংচরহুনা থৌনিজরবদি অকবা পীবনে। অমাং অসোই কম্ভ হাওদি মফমহুদা তৌশিনগনো। মফম অহুদগী অয়াং পাংনা চৎলগা মালেম লৈরোন্নুং কংলা কাওনা লৈথুন লাইগী ঈরিল অহুদা লৈবনে। মফম অসিদা রারী খংবা তাইবংনা হৈকং লৈকং তৌজহুনা থৌনিজরবদি অফবা খিবিক পীবনে। মফমদো চীংঙু মতিক ময়াই হেনবা মফমনে। মফম অহুদা থৌহু নুংবী নুংপাক লৈবনে। মফমহুদগী অরাং পাংনা চৎলগা ইরিল তুথুপ নাইবা ক্ষগাদো, ইরৈমাগী মপা মক্তো থৌহু নুংবী নুংপাক লাইজ ইরোন্নুংদা লৈবনে। মফমহুদা তাইবংনা খয়োম কংচরবদি অফবা মীমান্নবা ঙম্বা মতিক ময়াই পীনবনে ॥০॥

গুরু য়ুমকমগী অয়াং থংবা মফমদো অতিয়া গুরু শিদবনা মালেম খোংগুমলক্লগা থৌহু নুংবী নুংপাকখক্তা মমাই মনিং ওন্না তারকখিবগী খোঙ্গুল অনি লৈবনে। হৌজিক্তী তাইবং ময়ান্না খাগেম্বা পুং হায়না

খংনরহুনা কন্দুনা হৈকৎ লৈকৎ তৌহুনা ইরাৎ থৌনিনরীবনে। মফম অদো গুরু খুবম হাইনা কৌবনে। মফম অদু হক্না লুননে। মফমদুদা কৎকদবা পোৎতি হৈরোং হৈথেন ও, হৈ মনম নাইবা, . . . . . . . . গুরু খোঙ্গুলগী অরাংদা লৈপুং ও লৈবনে। হক্না লুবা মফমনে। গুরু খুভমগী অরাং চিংথৈ থংবদা চিংথৈ নিংথৌ, চিংথৈ লাইরেম্বী অনিগী লৈপুংশিং লৈবনে। মফমদুদা কৎচবদা পেনবীবা পোৎতি হৈ মনম নাইবা, হৈরোং হৈথেন . . . .। লৈপুং অনি অদুসু হক্না লুবা মফমনি। তাইবংগী ইরাৎ থৌনিনফমনে। লৈপুং অনি অদুগী নোংচুপ্তা ইবুধৌ রাংবরেলগী মালেম্ ফাওবা লৈখুন লৈবনে। অচৌবা পামেন অমা হৌরিবনে। ইরাৎ থৌনিবা য়াবা মফমনে। তিন্দুং লাইথুং কোকপীবনে। ইবুধৌ রাংবরেলগী অরাং থংবা মাইকৈদা ইবুধৌসিগী খোংদিন্ পুং লৈবনে। খোংদিন পুংগী মমাংদনা য়াথোকফম পুং লৈবনে। তাইবংগী লৌরি ইংখোলদা লৈরবনে। খোংদিন পুংদগী খা শম্লোং ওইরপনা লাক্লগা নিংথৌজম সলাই পোকপা অপোকপগী খুভম অমা লৈবনে। খুভম অদুগী কৌক্রদা লাইবুংথৌ ৯ লাইনুরা ৭ মক্কী খুন্দিনপুং লৈবনে। মফমদুদা কংপদা পেনবীবা পোৎতি-হৈরোং হৈথেন, হৈনম নাইবা .....। মখল অনি থোক্না থাগদবনে। খুন্দিনপুং মফম অদো তাইবং ময়াম্না রায়েল কাতি হায়না খংনরে। খুন্দিনপুংগী খা মৈরমদা গুরু দোলাই থাফম মফম লৈবনে। মফমদুগী খা থংবা মাইকৈদা সলাই পোকপা খুভম অনি লৈবনে। মখোয় অনিমুদি থৌদাম পোকপা, থৌনাওজম পোকপনে। ময়াদুদা ইমা লৈমরেন-গুরুগী খুভমশিং লৈবনে। খুমন অচিবগী খুভম লৈবনে। খুমন অচিবগী ইরু শমদেংফম ইয়োককোম লৈবনে। খয়োম কংপা লুবনে। মহৈস্সু মঙান-মতিক-ময়াই ভন্নমক পীনবীবা মপুনে। হক্না লুবা মফমনে। সলাই পোকপগী ইয়োককোমসু লৈবনে। মফমসিদগী তুশাং শিংনা লাইরেম্বী ৭ কী ইনচিংফম ফমদেং পুং ইয়োক কোমগা লোইন্না লৈবনে। রায়েল কাতীগী অরাং থংবা

মফমদো অরুবা লাইফম অমানে। মফম অদুদি পুন্সি নুংশাং নিবা য়াবা মফমনে। মতুদগী খা পাংনা চংথরক্লগা লাইনিংথৌগী উকোঙ্গুং য়ৌরগা লাইনিংথৌ খুভমগী খা শম্বোং পাংবা মাইকৈদা লাইজ ইয়াক কোম লৈবনে। লৈমরেল ইয়াককোম কৌবনে। মফমদুদা কংকদবা পোংতি— লাফোই চং থোকপা, হৈনম নাইবা . . . মফমতুগী কৌক্রু লাইজি পাংবা মাইকৈদা লাইয়ামশিংগী খুভম য়াথোকফম্ লৈবনে। অয়াং থংবদা মালেম কুংলা খা কৌক্রু মৈরম ওইতক্লা কুংতক তৌবা মরীন অমা লৈবনে। মফম অদো তাইবংনা চংদবদি ফবনে। মশাদা মরাইথুং পাল্লগনিয়ে। মফম অদা লাইয়ামশিংগী হিগারমনে। অদুডৈ লাইনিংথৌ ইবুংঙোনা কংলা ফম্বালমেন তোংগনি হায়দুনা লাকখিবা মফম অদুদা ওইবনে। য়াইতোং খমতোংবশিং তাইবংচাশিংনা অংডৈগী রারী শিংবুনবু থিজিনজদুনা হৈথেন্ লৈথেনজরবদি তাইবংদো নুংঙাই য়াইবী মরাং কাইনা অনা—অয়েক ভিস্তুং লাইথুং কোক্লা তাইবং শৈদমজৈএ থবানদি ইচা থাগী ....... শাগোলসেননে। অথেংবা অহিংগী য়ুথক নোংথনবদনে। হিগারম অসিগী কৌক্রু ওইনা পু অমা লৈবনে। লাইমাংপুং ( শরোই ঙারোই ) কৌবনে। লাইনিংথৌ খুভমগী নোংচুপ শম্বোং হারম পাংনা চংলগা তুরৈ তুথুম নাইবা মফম অমা লৈবনে। পম্বোং ডাকপা পনথোং নিংথৌ সোরালেন মিংথোন্দুনা ইরাং থৌনিন-রিবনে। অশেংবা ইবুধৌ অসিগী রারিদি থুপ্পা লৈবনে। লাইনিংথৌনা হোই হোই লাওদুনা কারকই হায়বদগী খোং পরিং মতেক অসিবু কারকখোং কৌবনে। রায়েল কাতি খোংনাং মখোংদগী কৌক্রু লাইজি পাংবদা চিংঙ লাইয়ামগী অহকপা খুভম লৈবনে। কারকখোংগী খা শনথোং ওইরপ্পা লারুগা চিংঙ অহকপা লাইফম লৈবনে। লাইফমদো মরু হরা লুনা লৈবনে। তাইবংগী লৌরি ইংখোল চাইগোন্নুংদনে। চহি কুমজাগী কুমওন লাক্লা থুম্লাশিংনা হৈরাং-লৈরাং, হৈথেন-লৈথেন্দুনা হৈকং-লৈকং তৌনরবনে। রারী রাখোং থংজরবদি তিনথুং লাইথুং কোকপা য়াবা মফমনে ॥০॥

গুরু লৈমরেল অনিগী অহকপা খুভম ক্যামলৈ মখোংদগী নোংচুপ থংবা মফমদো তাংবী পাং হায়না কৌবনে। তাংবী পাংকী মমাং থংবা তুরেল লৌখাই লান্না গুরুনা শামু ওল্লে হায়রগা চোংগে তৌবদা ইমানা খুহুং ফাবদগী খুহুংনা তুদা তাবা, খুমাং অনিনা মাংদা লৈখিবা গুরু শামু খোঙ্গুল লৈবনে। তৌজিক্তী খোঙ্গুল মমাং পরেংদো তেরা পাম্বীশিং হৌরিবনে। খোঙ্গুলদগী নোংপোক্তা চিংখৈ পুখ্রি লৈবনে। গুরু লৈমরেনগী ইরু শমদেংফমনে। মফমদুদা অথেংবা অহিংদা রারী থংনা হৈংথেন লৈংথেনজরবদি লৈবাক্কী ফমনাইবা/ফমনাইবী ওইবগী মঙান মতিক ময়াই গুরু লৈমরেল অনিনা পীনবীবনে। পুখ্রিগী অরাং থংবদা গুরু লৈমরেল অনীগী চফু রান্দোং লোংনপ শংলৌ মথেল লাংফম খুভম লৈবনে। শামু খোংগুন অদুগী মখা মাইকৈ পাংনা লাক্লগা লৈশাংখোং মরু লৈবনে। লৈবুং ওইনা লৈরম্বনে খোংনাং পাম্বী অমা তৌরম্বনে। লৈশাংখোং মরুগী নোংপোক পাংবদা লাইনিংথৌগী খুভম খোমহুংবী নুংপাক য়াংদোং মাহুইফম লৈবনে। মফমদো খোংনাংথাবা শাইওন লাংনা ফমদেংলম্বা মফমনে। হক্তা লুবা মফমনি। মালেম ফাওনা চংপা লৈখুন য়াথোকফমনি। হায়রীবা মফম অদুগী খা থংবা অদুদা ইবুধৌ পাখংবগী খুভম লৈবনে। মনাক্তা ইবুধৌ মাগী য়াথোকপুঙ লৈবনে। ইবুধৌগী খুভমদগী নোংপোক পানা চংলগা লৈপুং অমা লৈবনে য়াওরোইবী কাচীন শরোই খুন্দিন পুং হায়না খংনবনে। অথং অহৈ অমাইবশিংনা হৈথা লৈগা তমতুনা করিগুম্বা কান্দা ইরাং থৌমিনৈ লৈবুং অদুগী খা শম্লোং পাংনা লাক্লগা ককমাং কৌবা মফম অমা লৈবনে। ককমাং অদুদা লৈরীবা লাইদি নোংপোক শেল্লেই অপানবনে। তাইবংনা হৈকং লৈকং হৈথেন-লৈথেন্দুনা ইরাং থৌমিনবা মফমনে। মৈ চংদবা পোং কংচবগু হেন্না ফবনে। লৌরী ইংখালমুং অদুদা লৈপুং ৩ মু লৈবনে। লৈপুং ৩ অদু তংইবংনা চংহৈদোয় ঙাওনা ফৈনা নাহনবা লাইওং থেকচানবা পীবনে। খা পাংনা লাক্লগা লৈবুং অমসু লৈবনে। লৈবুংশিং অসিদা মৈরী মৈবুন পাইবা উরবদি খুন্দা মীশি মীনা থোকএ

হায়বা খঙনবা লৈপুংনে। অগং অহৈ অমাইবশীনা খুডাশিংদা অদো অমা পীবক্রবদা লাইতাইনবা মফমশিংনে। ইনোইহু খুভমদগী অরাং চিংখৈ পাংনা লাক্লগা য়েরুম চীং, মংৌচিং, খেংগ্রুংচীং, ফাইরাক ফাইদম চীং, শরোই পুং, শংনু খুভম, শংনু য়াথোকপুং, গুরু খুদাফম, অসিনচিংবা খোং ইরেল কয়ান্থ নক্কা লৈরীয়ে ॥০॥

নোংদ্রেন লৈমাগী চীংখৈ পাংবদা লমলেন লমথৈদা তৌরিবা খোংনাং অসিগী চিংখৈ থংবা মাইকৈদা মডাং গুরুগী লাই শরোই ময়ামগী য়াকাপুং লৈবনে। মফম অদদা নাপী শিংবী হৌদনা কোকনা লৈবনে। খোংনাংগী খা থংবদা লাইয়ামগী খুন্দিনপুং লৈবনে। খোংনাংগী খা চিংজিন চীংমৈ শঙ্খোং লোম্বা ফাওবদা নোংথাং লৈমা ৭ (লাইরেম্বী ৭) কী মমি শায়াবু চিং অসিনা নমখি। লাইরেম্বী ৭না নুং ওইদুনা নুংনী ৭ লৈবনে। ওসি ফাওবদা তাইবংনা লৌলিংবী থকা সমপো থুলং অনগা নমখিবগী রারিনবনে। নুংশিং, অদো তাইবংনদি থেংনদ্রবনে। থেংনরবদি পাংদেয়ে। অহা-অনা অয়েং অকাই পীবনে। খোংনাংগী অরাং চীংখৈ নোংপোক মাইকৈদা মঙাং নুংাং খুমন গুরু ওগী খুভম লৈবনে। তিন খি-লাইখিদুনা লাই তাইনজবদা অফবা পীনবা মফমনে। গুরু ওগী খুভম মনাক্তা ইয়োককোম অমা লৈবনে। অরুবা মফমনে। মফমচুদগী অমুক চংথরক্লগা ইরিন অমা লৈবনে য়াংবী মরাই খাইবনে। মফম অদুদা চংপদি পুলৈরোম্বা পাখংবনে। মফম অদো কুমগী ইকৌ লাকপদা শাইরেং তাতেক কাই হায়নরম্বী। মফম অদুগী খা থংন-রোমদা পাখংনা ইয়োককোম অমা লৈবনে। মফম অদো তাইবংনা হৈনা শিংনা চংলো নঙ্গনদি পুক্সি তেনগনিয়ে অরাক অখংনগনিয়ে। মফমদা কংডগদবা পোংতি লৈথক লৈখা থয়োমনে। ইকোলগী নেং-পোক পাংবদা মডাং পুং লৈবনে। শঙোং পাংনা চংলগা লৈপুং ও লৈবনে। লৈপুং অহুম অহুগী ময়াইদা শনস্বা হিগাইরানে। লৈবুং অহুম অহুগী নোংচুপ থংবা লৈপুংদুদা নোংদ্রেন সনামচি নোংদ্রেন লৈমা,

তাইবংনা খুপ্পানা নুংথেনলৈমা হায়না খঙনবা খুভমনে। নোংদ্রেং লৈমাগী শন্থোংদা মঙাং লুরাং খুনন গুরু অহুম্বা ইয়োক কোম ও কুঙ্গা মোন্দুম শানা লৈবনে। মফমশিংদা য়েলামপাং মনুং ঙাকনে। মফম-শিং অতুদা কোন-খুজাই অরু অপান থেঙনরবদি খুল্লুগন্ত থৌনিজহুনা লাকও তিনথুংবনে লাইথুং পানবনে। হকনা লুবা মফমনে। নোংদ্রেন লৈমাগী খুভমতুগী মমাংদা মালেম লৈহুং ফাওবা লাইজ ইয়োককোম মালেম লৈথুন অমা লৈবনে। মফম অতুদা খংদুনা চংলুরবসু লাইনা লাইথুং পানবনে। মফম অসে অতুদৈদা পাখংবগা লাইনিংথৌগা তুতৌ খোংদোলকপা হল্লকত্রবদা গুরুনা হি তোংদুনা লাকপদা হি কাইখি হায়বদগী ঙসি ফাওবদা রাকচিং নোংমা পানবদা হিরাওবা চংনরীবনে। লৈপুং অতুগী খা থংবদা ইকোন অমাসু লৈবনে। ইকোন অতুগী শনথোং থংবদা লাইয়াম পুন্না খুন্দিনকমনে। মফম অতুদা চইহেদবা চহি ১গী কুমিং থবান লৈবনে। মফম অতুদা উচুক-উপাল অরু অরাক মঙং চাদনা থেনরবদি তাইবংচাদো পুন্সি পীখমনেএ। মফমতুদগী চিংথৈ হারম পাংবরোমদা লাকপনা য়াংবী ওলোইবা কৌপা অমা লৈবনে। হৈনৌপোকপী, হৈনৌপুং, হৈনৌখোংনেম্বী হায়নসু কৌবনে মফমতুদগী চিংথৈ পাংলকয়া খুমন অমসুং মঙাং পাখংবা অনিগী চাইনা পুং লৈবনে। মফমতুদগী মঙাং গুরুনা হি তোহুনা মাগী হিরোইশিং। হি হোল্লগা হোইরৌ হোয়া লাওহুনা কারকখিবা মফমবু হোইরৌ হোয়া পাং কোই। হোইরৌ হোয়া পাংকী লাকইবা মরিন অসিগী মমাং পুবা লাইদি মঙাং পাথংবনে। হোইরৌ হোয়া পাংওগী নো চুপ পাংনা চংলগা নাওশিখোং থৌহু লুংদাওবী লৈবনে। মফম অতুদা থৌহু লুংপাক থেংনরবদি থৌনিজোও নত্রবদি পুন্সি তেনবনে। মফম-সিদগী নখা পাংলগা হৈনিংশোই মরু মঙাং লুরাং খুমন গুরু ওগী অমত। ওইবা খুভম লৈবনে। অরাংদনা থর চংলগা শরাইপুং লাইফম অহুক্পা লৈবনে। পুং অদো অতু নোংদা পুলৈরেম্বাগা মঙাং পাথংগা অনিগী

থেংনফম মফমনে। ঙাংঙৌলাকপা পাখংবনা হাওশোই লাইরেম্বী কোইবা লাকপদসু থেংনহুনা মখোয় অহুন পুনখিবা পুংনি। পুংহুদগী চিংখে পাংনা লাক্লগা লৈমরেনগী চরৈ ফী পুমফম চরৈ শংফম নাপং হায়না খংনবা মফম লৈবনে। মফম অহু মতম অমদা থম্বাল ১০৮ শাংলম্বনে। হৌজিক্তসু মফম অহু নাকোইনরক্লে। মফম অসিদগী চিংথৈ ওইরপা চংলগা লৈশাংখোংগী নোংপোক চীদাইদা খুনগী ইবুধৌ লাইশঙ লৈবনে। ইবুধৌ মহাক্ত্রী মঙাংনা শাইওল্লগা নোংপোক নিংথৌ লাংওনবনে। অহুডৈদা খুঙ্গনা শঙ্গোলদা ফংই হায়বদগী শঙ্গোল দেবা কৌনখিবনে। লাইশংগী কৌক্রুদা সনাখোংনাং অমা হৌরিবনে। অচম্বা সনাখোংনাং নত্তেয়ে। গুরুনসু মখোংদা পোথরম্বা মফমনে। খোংনাং অহুদগী নোংপোক্তা চিংথৈ পুখ্রি লৈ। মৈরবদা ইধৌগী য়াখোকপুং লৈ। মনিংদা গুরুগী লাইজ ইখৌ লাংখিবগী ইয়োককোম লাইখুন লৈ। অরাং পাংনা লাক্লগা লনলোং অহুন ফাংবা অমা লৈবনে। লনলোং ও অহুগী কৌক্রু লাইজি অহু তিন্থুং লাইখুং পানবনে। লাইশক খংনা থৌনিও। লাইদি পুলৈরোম্বনে ॥•॥

নোংদ্রেন লৈমগী কৌক্রু লাইতি পাংবদা নাওকনবী তাবা লাইরম অমা লৈবনে। খা শঙ্খোং পাংনা চংলগা হুমাই খাবী হায়বা মফম লৈবনে। মফম অহুদা নহান নোংদা থুমখোং লাইরেম্বীনা ললাম্বুং কৈথেন কাখিংড্রেদা কোকচাও বুরুবনা মচা তিনবী তিননাও ১০৮ বু লাইজ হৌরিন শিংনা থাদখিবদগী লাইরেম্বীনা কৈখেল হল্লরগা মচাশিংবু ঙামোক খুদোং হুমাইথক্তা হাপ্লগা মপারী মমোমবু কৌখিবা মফমবু হুমাইখাবী হায়না খঙনখি। চহি কুমজা খুদিংগী ইঙা থা পালখংলকপদা মফম অহুদা লাইওক ঙিনওক্রবদি তিন্থুং লাইখুং পাল্লে। মতমহুদা চৈবী চৈখেং ফংলবদা মাগী রারী শিংবুনবু লিজরগা হৈথা লৈথা ওৌজহুনা ইরাং থৌনিজরবদি অফবা খিবীক পীনবনে। থৌদৌ অসিদগী হৌহুনা লৈবাক অমাইবা অমাইনীনা থৌদৌ লাংদৌ ওৌবদা

হুমাই ( য়াংকোক ) থক্তা হাপ্‌না থৌ তৌবা হৌখিয়ে। হুমাইথাবীগী থা মৈরম পা'না লাক্লগা মপারী মমোমবু রাইনা তাম্না কৌই হায়-বদগী রাইনুতা কৌবনে। রাইমুতাদগী থা পাংনা চৎলগা তাওজিং হৈরাং হৈনম নাইবনা মপারী মমোমশিংবু নাওথেমহনা কৌবদা মমোম-শিংনা য়ারকত্রবদা লমলেন অহুগী মমিংবু হৈজাংপোকপী হায়না কৌই। লাইজ ইরিন শিংনা তাওথরকপা হাওরে নোংচুপ পাংবা ইরিন মরিন অদো তুবাকশোই কৌবা মফম লৈবনে। তুবাকশোইদগী থা মাইকৈ পাংনা লাক্লগা লাইজ ইয়োককোম, লৈবনে। হিকুবী, য়াইকুবী, হিরৈমা, য়াইরৈমা, লনলৈমা, হিপোকপী য়াইপোকপী কৌবনে। ইয়োককোম ৭তুগী মনুংদা মরি অমদি তিম্থুং লাইথুং কোকএ। অহুম অমনা তিনথুং লাইথুং পকএ। ইয়োককোম অতুগী মমাং থংবা মফমদা থুমখোং লাইরেম্বীনা মচা তিনবী তিন্নাও ১০৮ মকপু তাওথরকখিবা লুবাক অহুবু উরু উরু লৈহনা লুপখিবা লুবাক তাওবী হায়বা লাইফম অরুবা লৈবনে। হায়রিবদো লৈশাংখোং ইরিন, লাইরমইরিন, তুবাকশোই ইরিন, হৈনৌ-পোকপী ইরিন, হাওশোই ইরিন, ইংভৌরেন ইরিন, ইমুরেন, ইরিন ইচিন ৭কী চিলোক্লবা ময়াই অহুদা লুবাক তাওখিবা অমম্বুং লুপখিবা মফমনে। মফম অদো অরুবা ইরৈফমনে। কুম অমগী ইত্তারকপদা মফমশিং অসিদগী থরোই চাবা য়াদে। কনাগুম্বনা খংদহনা খুন্দুনা চাবা থকপা তৌরুরবদি শরেং তীম্না নায়েকহনা মপুন্সি তেনগল্লী। রারি রাখোং খংদ্রবদি অকিবগী মশক ওইবনে। মফম অসে খোংলম ৭ ইতিন্নফম কৌএ। রারী খংবা তাইবংনা মফম অসিদা ইরুপচরবদি তিনথুং লাইথুং কোকএ। হুমাইথাবীগী থা থংবদা লাইকোই কৌবা মফম অমা লৈবনে। খয়োম কংচহনা থৌনিজরবদি তিম্থুং লাইথুং কোকপনে। তুবাকশোইগী অরোইবা ইরিন মচিনবু তুজোম্বী মরিন কৌবনে॥০॥

থৌহ্ নোংদ্রেন লৈমগী থা শম্থোং পাংনা চৎলগা শম্থৈফম ওবোং ইনবা কাচিন হায়বা অমা লৈবনে। ওবোং ইনবা হায়বদি লৈশাং

খোমাববুনে। অকবা খিবিক পীনবীবনে। মতুগী অরাং থংবদা লাইজ ইয়োককোম অনি লৈবনে। মফম অতুদি কুম অমগী ঈশিং ইনৌ ইতারকপদা নমু তাইবংচানা রাগৈ হিবু তোংতুনা চংপা মতমদা উইশিং থৌওইদ্রবদি রাগৈ হিবু ফাবনে। তিনশক লাইশক খঙনা চংলবদি রাগৈ হি ফাদবনে। ঈশিং থোকপা গুরুং মফমনে। পুরৈরোম্বা পাখংবা য়াথোকফমনে হক্রা লুবা মফমনে খংও ।।০।।

নোংদ্রেন লৈমাগী কৌক্র লাইজি পাংনা লাক্রগা গুরু অহুমগী খুভম লৈবনে। লমালন অতুবু লাইরম ইরেল কৌবনে। মফমতুদগী কৌক্র লাইজি পাংনা থবা অমুক লাকলগা মাইরেনপাং কৌবা লৌকোই অমা লৈবনে। লৌখোই অতুগী ময়াইদা গুরু খুভম ১ লৈবনে। চীংঙু ইবুংঙো রাংবরেন্না ফনদেংবা মফমনে। মফম অতুদগী হাওরৈ নোংপোক চীংখো পাংনা লাক্রগা নাওকনবী ইবেল তারবনে। ইরেল মরু অতুদা গুরু অহুমগী ফমদেংফমনে। ফমদেংফমসিদগী নোংপোক পাংনা লাক্রগা গুরুগী পোথাফম লৈবুং অমা লৈবনে। লৈবুং অতুগী মনাক অকোইবদা নোংথাং লৈমা ৭ না লৈবনে। লৈশাং খোমাবগী অরবা লাইরিক থুপখিফমনে। লাংগুম ওল্লগা মোইরাং লমহাবা ওইনা চংখি হায়এ। লৈপুংগী অরাংদা ইবুধৌগী ইয়োককোম লৈবনে। খয়োম কংচরগা ইরাং থৌনিবা য়াবা মফমনে। খা পানা অমুক লাক্রগা শামুরৌ চিগোংনা থুপখিবগী মফম লৈবনে। শামুরৌ চিগোং থুপখিবা মফম অসিদগী অরাং পাংনা লাক্রগা ইবুধৌ পাখংবগী য়াথোকপুং ইফুং ইরা ফাওবা মফম লৈবনে। মফমতুদগী নোংপোক পাংনা লাক্রগা ইবুধৌগী অশেংবা খুভম লৈবনে। মফম অসিদা খয়োম পীবগা কংলা তুংজেদা খয়োম পীবগা চপ মান্নবনে। মফম অসিদগী মৈরম পাংনা লাক্রগা গুরুগী ফিদাফম লৈবনে। গুরুগী ফিদাফমদগী কৌক্র লাইজি পাংনা লাক্রগা ইবুধৌ খোংদিন পুং লৈবনে। ইবুধৌ খোংদিন পুংদগী কৌক্র লাইজি পাংনা চংলগা সোরালেন খোংদিন পুং লৈবনে। শোরালেন খোংদিন পুংদগী কৌক্র লাইজি

পাংনা চংলগা চীংঙ্ লাইরাম খুনদিনপুং লৈবনে। পুং অসিদগী খা নোংপোক পাংনা হাইখরক্লগা পুলৈরোম্বা অঙৌপানবা গুরুগী মরিন লৈবনে। পুলৈরোম্বা অঙৌপানবা গুরুগী মরিন অসিদগী অরাং নোংপোক পাংনা চংখংলক্লগা তাংখুন শারম পাখংবগী মরিন লৈবনে। অরাং খর হায়গংলগা খ্বাইনরক লম্বী লৈবনে। ভূরেন ইখাই রামা লাল্লগা খ্বাই নিংথৌগী শাথ্‌পফম ইহাং হাংনা মী চংনদনা খাজিন্দুনা লৈরীবনে। তাংখুন শারম পাখংবগী কৌক্রু লাইজি পাংনা লাক্লগা লাইরেম্বী ৭ না ইনচিংবগী লৈপুংশিং লৈবনে। লৈপুংশিং অদো উরোকখোং লৈপুং হায়রগা খংনবনে। উরোকখোং লৈপুংগী অরাং থংবদা লমলেন তুমনৌপোকপী লৈবনে। বাংগোই ক্রোক মল্লুংনে। মথক্তা থারিবা লাইফম মরু হকপা অসি নত্তবা মফম কয়ামকমস্থ লৈরী। লাই ওইখ্রবা অহল লমন কয়াগী মচিন্দগী তাজহৌবা অদো ইশিন খোংচিন্দুনা মীয়াদদা তুংগীদমক্তা খরদং উপাই ওইগদবা খঞ্জহনা ফোংদোকচবনে। অফবা ফত্তবা পাবিরীবশিংনা পুক্লিং চিংশিনবীগদবা ওই।

কংলৈ নাং নৈনা লুপ
য়ুম্নাম হুইদ্রোম।

# কাংলোন পরিং

মৈতৈ ইপা ইপু অরিবশিংনা লিহূনা থম্বীরম্নবা থুগ্নবা কাংলোন কয়া মুংতি মুমিংকী পুন্সি মরেন্দা চংদ্রবা য়াদ্রবা ফিদমনিঙাই ওইরবা মচাক কয়া রাংতনা লৈরী। মসি পুন্নমক নৈনহূনা থংম্নিনবা হায়বসে পুন্সিদা অচৌবা মাই পাকপা অমনে। করি মরমগী তেল্লীবা ফত্রীবনো হায়বদো নৈননা চুমলে -

**লমদা** — ইরাই তেকই। নহাননোং খোইয়ুম লাইয়ামশিংনা মালেমদা তাবা থাদো লমদানে লাইনা তাই লাইতা কৌবদগী লমদা কৌখিবগী রারি লৈয়ে। লমদাদা ইরাই তেকপগী মরমদি ইরাই কৌবা লাইবুথৌ (গ্রহ) না কৌরৌ মুমিংপু ওইওইন্না কোইবদা থা অসিদা হেক হেক থুগ্এ। অসুম্না ওইরবগী থাদা লমদাবু পুবা লাইদি পাখংবনে নানৌহিং পুলেনবনা মনাও থিবা কোরৌ কাইএ। মনাওবু থেংনহূনা পুরক্লে। পরমদি ইয়াম্বা য়াথোক্কে ইয়াম্বগী য়াম্নুংদা চংলো হায়তূনা উমতূনা পুরল্লগা মালেমদা ওথোক্লে। থেক্লা কোইনা চংলে তাংজগুম্না ওইরে। লাই পুম্বনা তাংজগী মশক ওইবদি হে মপুও। এথোয়গী মপু ওইবা লমালেনগী মপু ওইবদা তাংজ শক্তমদি ওইহনবীগনো মমু শক্তমদা অরেপ্পা ওইহনবীয়ু হায়তুনা লাইয়ামনা হংগংলে। নানৌহিং পুলেম্বনা মনাওবু অমুক্কা হন্না পাইতূনা য়াম্নুংদা হাপচিনলে। লাইয়ামনা হংবসু থুমদরে। মশানসু ভাদরে। "নহৌহিং পুলৈরোম্বা" হায়না লাইয়ামনা মিংথোল্লে। অমুরক কাথরে অরাংবদা নানৌহিংরাং থোল্লে। অসুম্না কাখিবা কোরৌ নোংজাদো লমদাগী থাবুংনে। লাই পুন্নমক্লা পাখংবগী মথেক্তা ঔগ্রী চোংলে হরাওরে হঙ্গেল শক্লে রাকোল্লে অসুম তৌরিবৈদো নমু লাই

শক্তমদা পুথরকখি। লাই পুম্বনা মপু অত্ত পোথানবা লৈকুম শং শাখিয়ে। ফম্নবা অচৌবা মুংপাক থাইযে। মনৌহিংনা পুথরকপা মনা পাখংবনা মুংপাক অহুদা ফম্বদা মুংপাক অত্ত ময়াইদা তেক্রে। মাচিন নানা নানা মালেমদা নমশিনখরে। মতোন মতোন্না য়ুখংতুনা লৈরে। লাই পুম্নমক কয়ম ওইবনো য়ানরে। মনৌহিং পুলেনবদা হংগংলে মনাওগী করম্বা খুদা থাগদগে থৌহু মুং ফাওবা তেক্রে। এখোয় পুম্বা ঙকলে নোংশি নোংদম্বীও হংগংলে। ময়াম্বুং য়েংহুনা হায়খি। ঙসি খাংজ নোংজাসে থানা লমদা ওইবা ইনাওগী খুদা তেকলবনা থাদা মুমিংনা তেকপা ওইরগনি। ঙসিদি থাবা খুদা পুম্নমক মৈনা থারবস্থু মুংলগনি। ইনাওগী মতিক্কা মাংহল্লগনি। হয়েং ইনুং ঙানবা নোংমাইচিং মুমিং থবান্না ২০ নি পানবা নখোয় লাই পুম্বনা কৈথেন কারো। ময়াইদা ইনাওগী খুদা শেমলো। মথক্কা ? ইরো। ইনাওবু ফমহুনা য়ায়েল-হল্লো তেকপা কাইবা লৈররোই। পরম অসিবু লমদা থাবু পাখংবগী লৈকুম শংশোবা লাইরুপ তিনবা লাই খৌলাংবা লাইনুপ কানা লাই কৈথেল কাবা পাখংবা ফম্বাল লাংবা মুমিং শিংবুন ৬ নি চংনরক্রে। পাখংবগী খুদানা তেকখিবনা লমদাগী থাংজ তেকপা ওইখরে। তেকপা য়াংলেন্দী ইনুয়াই মতুং য়াংলেন ৩ চংপদগী মীকুপ ১ লান্দা তেক্রে। ১২ ফাওবা তেক্রে। তেকপা মুমিংতা অফবা থবক পাংজবা তেকপা ওইয়ে।

শজিবু · লৈবাকপোকপা মুমিং তেকএ। লৈবাকপোকপা লাইবুংথৌ (গ্রহ) না মুমিংপু কোইবদা শজিবু ১গী লৈবাকপোকপা অমদা নাহুম ২০ মিকুপ ১৮ দা লেপ্লে। য়াংলেন ২৬ মিকুপ ২৬ নাহুম ২৬ খোংচং লেপ্লে। ভাইনবদা শম্নদে খোংচং খর তেকএ। মুমিংতো লৈবাক-পোকপনে। তেকপা মতমদি য়াংলেন ২৬ তগী হৌহুনা য়াংলেন ৩০ ফাওবা তেকএ। মসিনা মুংথিনগনে। অয়ুক অঙনবগীদি য়াংলেন ১৪ মিকুপ ২০ নাহুম ২০ দগী তেকপা হৌরে। অতুগা য়াংলেন ২১

মিকুপতা নাত্তম ১৮ অসি ফাওবা তেকএ। তেকপা মতম অসে তাইবং খোরম য়াদে পাংদেয়ে অতেকপা ওইয়ে।

**কালেন**— নিংথৌকাবা তেকএ। নিংথৌকাবদি কৌক্রুনে, কৌক্রুনা থাংজিং উনবা চৎলে। ৬ নি চৎলে ৭নিদা উট্নেয়ে। অসুম্না উনকবা মফমবু ওকেনরেন খনরেন কৌথরে। থক্তা থোকপা লাইবুংথৌ থা-না মাগী খোংচৎ মতেক মতেক মঙান য়াৎলে। লাই অনিগী মতিক্না মঙান নমথৈয়ে। নমথবা পুং হায়বসে মঙান তেকপা পুং কৌএ। মসিদা লাইবুংথৌ থাগী মঙান তেক্লবনা কালেনগী তেকপা ওইয়ে। মসিদা ফনা য়াম্না হৈকং লৈকংতুনসু ওম্থোক্লা লৈনা তেক্লা খাংএ। ফনা অফবা ওইদুনসু ফত্তবা মথেন ওইয়ে।

**ইঙা**— নোংমাইচিং তেকএ। ইঙা কৌবা থাদি কুমদম থানে। থা অসিগী কোয়ৌ নোংখোং মরক্তা লাইরৈবাক অসিগা কুম লেপ্লে। লাইদি থোংঙালেন্না নোংমাইচিং হুমিংতা খো লৈ তাদনা হুংগন চিং-দোন্দা থুএ। চিংঙু থোংঙালেন্না খোংলৈ তাদবনা ইঙা থাদা নোংমাইচিং তেকপা কৌএ। তেকপা য়াংলেন্দী নোংঙালকইগী ১৮ হেক চংপগা থোঙারেন্না থুংবা মতম ওই। য়াংলেন ৩৭ ফাওবা শম্নদে তেকএ।

**ইঙেন**— থাংজ তেকএ। থাংজ কৌবদি অতিয়া শিদবনা মখাকপু শিংজবদা পেঞ্জরতুনা লৈবাক পুক্ফা কৌবা পাখবগী চাদ নাওদা অসিদা য়াই পীএ। য়াই অতু থাংজহনবনা ফংবদগী তৌনিংবতা তৌতুনা লাই মী পুম্বা ওংলে। মাবু নমথনবা কনা লৈরমদরে পুম্নমক মহাক্না ভমএ। লাই পুম্বনা অতিয়া শিদবদা রাকংলে। রাকংপা থাদো ইঙেন থানে। শিদবা মপুনা য়াইমএ। হে ইঙেল থা-ও নংদি কুমথাইরোল থা ওইরো। নংগী নোংখোং অদো অহিং চুপ্পা খোংও লেপকনো পুক্ফা নমথবদা

মতেং পাংও। অতিয়া শিদবনা লাইয়ামদা অমুক রাহোংও তে লাইয়াম নখোয়না নখোয় নখোয়গী নতিক নয়াই পুম্বা অতিয়া ঐনা পুথোক-দৌরিবা লাই অসিদা হাপ্পো হায়দুনা অতিয়ানা য়েংকী নিংশা কানও লাই পঙ্গলবা অমা চোংথোরক্লে। লাই পুম্নমক্না পঙ্গলবদা নাক্লে মাগী মাগী নতিক ময়াই হাপলে। অতিয়ানা লাইগী মমিংবু থাংজহনবা হায়না যোনখ্রে। নোংমাইচিংভগী খন্নরকপনা চারোন ফাত্তুনা থাংজ ওইরে অতিয়ানা হায়রে। থাংজহনবা নহাক্না পুফাদগী য়াই নৌবুনা পুবকপা ওম্বা ওইরো। লাই নখোয়সু নথৌ তেক্লা মাগী মতেং পাংও। অসুম্না হায়খিবনা লাই পুন্নমক্না মথৌ তেকএ হায়দুনা ইচেন্দা থৌ তৌগনো তেকপা হায়না চংনরক্লবনে। রালেন্দী নোংয়াই মতুং রাংলেন ১ চংপগা তেকলে রালেন ৩০ চংপা ফাওবা তেকএ। মতমদি লুংবিন ফাওবনে। লাইদি নোংপোকনা পুইএ। ইচেনগী তেকপদি অসিদনে নতুংদি য়াইএ। তেকপা মতমদি লুইএ। থা খুদিংগী অতেকপদগী লুইএ। অকবা থবক তৌজরবদি তেকপা ওইদুনা অরাবা ফাএ খৌ-রমহুব মানবগী ওংক ওইয়।

**থরান**— ইরাই লেকএ। ইঙা থা শিত্তুনা অনুক রাংলন ৫ মিকুপ ১২ নাহম ১৬ নোংঙানলকইগী তেকপা মতম ওইয়ে। থরান থাদি থনাই লেপ্পা থানে। পলেম ইমাগী পীবুকতুংদদি ঈশিং হম লাএ। মপানদদি খাংঙমদনা চাকএ। ইরাই লৈমা লাইরেম্বীনা থরান থাদা লাইরম ইরম ৭ কোরৌগক্কুগী পুথদুনা ঈশিং ইচাওনা টক শমদেংএ। ঈশিং মরমশিংদা অমুক কেকৌথক্তা খংপু পুখংপদা হান্না লৈরম্বা ঈশিংগা শন্নদে। ইমানা থাসিবু থরান কৌখিবদি অচুম্বং ইমাগী ঈনা ওান্না নিল্লে থানা লেংদনা লৈয়ে হায়বদগী থরান খাও কৌএ। ইমানা হায়এ ঐনা চন্দক পুথোক্লীবা ইরম ৭ অাস থরাই থাদা পুথোকখিবনা লাই মী পুন্নমক্না ঐগী মিংগা মান্নবা ইরাই ভুমিং নথৌ তেক্লো তৌগনু হায়বা লৈবনা হরিচক্কুগী তৌনরক্করে। লম চেন্দুনা তৌগনো থরান

থাদি থুবনে। তৌরবদি তাইবং অদো অশোক অপন অরা অনা নংএ। এৌহৈদে ইমা ইরাই লৈমাগী য়াথংনে। থরান থাদা ইমানা ফাইএ। মালেমদা খোংগাওএ। মালেম কাইনা তেকএ। অহুনা খ্বাইদগী লুইএ। রাংলেন ৯ মিকুপ ৫ নাহুম ৭শুগী তেকপা হৌএ। রাংলেন ১৯ মিকুপ ২২ ফাওবা তেকএ।

**লাংবন**— শাগোলশেন তেকএ। লাংবন থাদি চাক্লা থানে। অহু নোংদা চীংখোং পোইরৈতোন্না মশেমা লাইনাওতাবীগা লম্বী ফাংনহুনা কাইনহুনা য়াম্না চাক্লা রানা পোইরৈতোন্না খাংএ। থা নংদি খ্বাইদগী চাকপা থা ওইরো হায়খিয়ে। পোইরৈতোন্না অতিয়াবু চেংনা নিংচৈএ। পোইরৈতোন ঐনা করম্না খুম্হোক্কনি ই.থী করম্না পাংখোক্কনি হংগংলে। অতিয়ানা খুমএ। নংদি শগোলসেন্দা নমাই মথা ওন্না রাহং পাওহংএ। হে শাগোলসেন নহাক্তি লাংবনগী তেকপা ওইরো। লাই মী পুন্নমক্কী থৌ তৌজবমু তেক্লো মহৈ মাংও। পোইরৈতোন নহাক্লা হালিবা রাম্বু মাংলো। নহাক্কী নোংপোক লমদা চংলো। তেকপা শাগোলশেন্দা মৈ পুথোকও মৈহুমু মুংশবা ওইসম্ নংগী লংলা লংজিন ফজবা ওইজৌ অতৈ থৌ পুম্বদি তেকপা ওইরো। অসুম্না নুমিং অসিবু অতিয়া থৌ তেকপা ওইনা হয়িচক্কগী চংনরক্লে। কোন্না ফাওবা চংলিএ। রাংলেন ১৬ তগী নুমিৎ চুপ্পা রাংলেন ৪০ ফাওবা তেকএ। মরক অহোনা লৈতে মসি খংনা থৌ তৌগদবা ওইএ।

**মেরা**— য়ুমশাকৈশা তেকএ। তাইবং ওইরকপগী অহানবা থাদি ইরিক কোঙ্গোলনে। অনিসুবা থাদি লাইজনে। অহুমসুবা থাদি মালেমনে। মরিসুবা থাদি অতিংঙা মরুমনে। মরি অসিনা কোরৌ নুমিংগা নোংমাইচিংগী থিরবদি য়ুমশাকৈশা তাইএ। মেলাং থা, চনৌ থা, হৈপুং থা, চরোং থা হায়রিবা থিবিক মেরা থাগী হৌনা য়ুমকমনে অহুনা হায়রিবা মহৈ মরোংশিংদো য়ুমশাকৈশাদা য়াল্লবদি লোইদাম থাজ

১দা তেকএ মাংএ ফত্তে মথং লাকপা কুমদা চাবা য়াংলে ফত্তে মোন্ন তাইবংদো য়াইএ। অতুনা নুমিৎ অসিবু নোংপোক চিংঙু শিদবনা মী লাই পুম্বদা লাওথোকএ। মেলাং থাগী য়ুমশাকৈশদি নথৌ তৌগনো তেকপা নোংলেননে। লম হেন্দুনা তৌরবদি থোং খুং তেকপা মংএ। হায়রিবা য়াকম অসে হয়া চক্কা ময়াইদা লাওথোকখিবনে। চীংঙু মাগী মপাওদি মালেম নৈদা তাদবনে কোরৌথক্তস্তু কাদবনে শেইদবনে। য়াংলেন নোংয়াই মতুং ১০ দগী ২০ ফাওবা তেকএ। মরক কে ১৮দগী ৩৭ কাওবা অমুক তেকএ। মরক্কী য়ালেন ৮ তনে ফবা অতেদি তেকএ। ইপা ইপু অরিবশিংনা নুনা তৌরম্বা শোইকদ্রবা য়াকমনে।

হিয়াঙ্গৈ— লৈবাকপোকপা তেকএ। হিয়াঙ্গৈ থাবু পুনা লাইদি অশিবনে। অশিবগু খুকনজবা খুইদগী ফবা থানে। হিয়াঙ্গৈ থাদা অসিবনা কোইরৌ লাইরৈবাক থাদোক্তুনা মালেমদা খোদাইএ। মালেমদা তারবদি মমিং হোংহুনা নাহৌহিং পুলেনবা সন্দমহি কৌখরে। হিয়াঙ্গৈ থাদা শন্দমহিনা মালেম শন্নবা হি য়াইবু মহি কৌএ। অম্বুন্না কোরৌদগী মহি অহু মালেমদা তাবদা মালেম লৈবাক্কা তোংপদা খংহৌদনা চিংঙু মাগী থৌজান্দগী অনি থোক্কা তেক্লে। তেকপা শরুক অমনা থক্তা হুনংলে য়াকোংপো ওইখরে। লোহৌরিবা মতক্না মথাদা নারোং ওল্লে শামৈগুম শাংলে। অম্মু মথক কাবো শামম ওইরে নমিংদি নারোং শামৈ কৌগে। নখোয় অনিনা শাকোক শামৈ ওইহুনা নামু-পোং পুম্বগী নোংদম নোংখাইও। নখোয় অনিনা তেকখিবা নুমিৎতি লৈবাকপোকপা লাইবুংথৌনা কোনৌবু কোইবগী অংখায় চল্লে মরম অসিনা নখোয়না তেকপনে। এগী য়ারা অসে নুমিৎ থানা পাল্লামখৈ লেংদবা ওইরসনো হায়হুনা নানৌহিং পুলেনবনা হায়খিএ। মহাক্কী মহিলেন্না তেকএ হায়হুনা হিয়াঙ্গৈ থাবু লৈবাকপোকপা তেকপা কৌন খরে। লাই মী পুম্বগী থৌরম তেকএ। হিয়াঙ্গৈ থাগী তেকপা নুমিত্তা লাই থৌরম তিনকং লাইকং লুহোং থোংদোংবা তৌহৈদ

তেকএ কাইনবা নংএ মহৈ চাদে ফত্তবনা ৯ নে অকবনা অমখক্তনে। অসি চাং অসি ওন্দুনা চংনৌও। তেকপা রাংলেন্দী ইন্নুংয়াই কাংলেন ৪ দগী ১৭ ফাওবা তেকএ। ২৪দগী অমুক ইন্নুংয়াই ফাওবা তেকএ। **পরম** মুন্না য়েংলগা তৌও। কাইরবদি কত্তে। লাংহৈ (চহি) ৭ তা থৌরম তৌবা তাইবংদো অশিবা দশা নএ। চেকশিনগদবা ওইয়ে।

**পোক্টন্নু** — নিংথৌকাবা তেকএ। পোইন্নু থাদি অতিংকোক পাথংবনা **ময়াংলেন** তেকখংলে। মহৈ মরোং কেমএ। মমৈ থেক্কংলে উচি-রোয়া মোন্নু তাইবং হরাওএ খয়াং খল্লে। মকোক থেক্কংলে মোন্নু তাইবংশিং রাক্ত—পাদবনা নাপল তৌএ। পাথংবা মশানা ৬৮ পাঙ্গলবা নমথনবা থেংকৌ শাইএ। মথন্তগী কোক ককচৈএ। থক্তা হুনগংলে মঙান্না থল্লে ইরাই লাইবুংথৌ ওইখরে। মহাক্না চাদ-নাওদনবা মখুংনা মালেম মেংতুনা মওং শাইএ। মহাক্কী থৌজান্দগী মখোং ৩ পান্তোকখরে মবি শুনবা হায়্নদা তেক্লে। হায় করিনো খনখিয়ে মপুবু থৌনিখিয়ে নচানা ইয়ুম শাজগে থৌবাংববু মখোং নামা তেক্লে করম ওইবনো থৌজানবীবু হায়না মপুদা হংগংলে মপুনা খুমএ নহাকতী নিংথৌকাবা, থাজ লাই-বুংথৌনা লৈমুংদা থোকপদা শা শেমলে য়াররোই তেক্লগনি। মথং মালেমদা কদোংনা ঙাল্লবদা তেকইবা মখোং শম্বা ওইসন্নু হায়খি। থা পালখংলকপদা মখোং শমএ। অসুন্না নিংথৌকাবা হুমিংত্তা পাথংবনা শাশেম্ববু মখোং নামা তেকখি হায়রুনা পোইন্নুগী অতেকপা কোরৌদি নিংথৌকাবনে। রাংলেন্দী ইন্নুংয়াই মতুং রাংলেন ১৫ দগী ২২ ফাওবা তেকএ। ২৬ তগী ইন্নুংয়াই ফাওবা অমুক তেকখরে। মসিদা থৌরম তৌরবদি মখোং তেকপা মখুং তেকপা ময়ুম তেকপা অরা-অনা নংএ তৌগনো চেকশিননা খংও।

**রাকচিং** — নোংমাইচিং তেকএ। রাকচীং থাদি লাইদি নোংথাং লৈমনে। লাইনিংথৌনা পাথংননে। নোংথাং লৈমানা মাগী নোংথাং থাং হায়না

ঈ-ছু৺ লাই অরিববু ককলে। লাই অতুদি কক্লবস্থ শিদে খিল্লবস্থ শিদে লেংদবা ওইরম্মী। নোংথাং লৈমা ইমানা তৌকম খুংদতুনা অতিংকোক পাখংবদা হংগংলে। পাখংবনা খুমএ। লাই অতুদি য়াম্বুং অহল অতিয়া শিদবনা থৌজান পীখিবনা নৈদা ঈশিংদা তুংশিংতা খুলাইদা মতিক ময়ায়দা কনানা মাংতনবা ঙমলোই মহাক্কা করম্না য়েক্লরুবনো হংখি। ইমানা থুমই, মহাক্না ঐবু তালোই ওইগে হায় হায়হৈদবা খোম্থোক তাবদা শাওতুনা মাবু ককপা খিনবা তৌরুবান অতুবু ইকাইবা নংএ ঐগী ইকায়বসে কনবীয়ু লাইরমলেন মাংদা ইংাইরে হংগংলি। অতিংকোক পাখংবনা তারো নোংথাং লৈমা অংম্না মুংঙাই-তনা হায়রবনিনা য়াম্বুংতন্না পীখিবগী অহোবা হায়গে। মহাক্কা মখুং মশা মখোং মঙক পাইবা ফংলবদি তেক্কনি মাবু মাইখিবা পীবা ঙমগনি। অতৈ খুলাইনদি ওইররোই, নহাক্কী তুংদা ঐহাক লেপকে মহাক্কী মখোং মখুং ফাতুনা পীগে নহাক্না থুদেকপা ঙম্বা ওইচৌ হায়নতুনা ইমাগা পাখংবগা লক্লে। নোংথাং লৈমানা অমুক করেম্নরে। এ ই ছু৺ শকখিবা নহাক্না খুলাইদা শিদ্রবনিনা খংউ মখোং মখুং থেক্কে। য়াতু তাবদা লাই অতুদি থারু থাক্না নোকখি। ইমাংদা থাংবা ঙমদতুনা চেনখ্রবী নংনা অনুকস্থ ঐগী খোং খুং থেক্কে হায়রবী নহাক্না লিংকদবা লৈএগনি ফোংনা ঐগী তালোই ওইজহৌ মুংঙাই য়াইফা হিংবা ফংগনি। অস্থুম্না হায়নরম্নগা হাকথেংনরকখিবনি। মরক্তা পাখংবনা লাই অতুগী য়েংথংবা পাম্বোম ফাতুনা পীরে মতবু নোংথাং লৈমনা অতিংকোক পাখংবা থৌজান্দগী থুদেক্লে তেক্লে। তৌজিক নং করি পাম্নী হংএ। নহাক্না লাইরক্তা লৈনিংলবদি ঐড্রোন্দা হায়জৌ লানথরে হায়য়বদি কনবিগনি নখুংস্থ অমুক হাম্নীগনি অথোই নাপন্নরবদি নংগী নশা পুন্নমক লেইনা থেক্কনি অতেকপা লাই ওক্টগনি হায়রবদা লাই অতুনা হেন্না নোকই। ঐগী ইখুং মচা অমা তেকখরগা ইথৌনা হনগনি খনবরা, য়াদগী মৈবী ৯ কানথোকপা ঙম্বা মীংতগী মৈবী (অনি)ঃ থোকহনবা ঙম্বা ওইগা খুংশা ৫ দগী মৈলেন ৫ পুখোক্তুনা মৈলেন ১৬ না চাকথেকহনবা ঙমগনি

হায়রে। অসুম্না মৈবী ময়ান কামথোরকপদা পাখংবনা ময়া কাহ্নুনা মৈ পুন্নমক চাংশিনবীরে। অমুক্কা শাগত্নুনা লেমতৌরিবা মথুং নামসু থেক্লে। মথুং অনিমক তেক্লে। অসুম্না উপাই লৈতবা ওইহ্নুনা লাই অহ্নুনা ইমাদা হায়জরে। মহাকপু কনবীরে। মথুং অনীসু হাপ্পীরে। লাই অহ্নুনা হায়য়ে ঐগী ইথুং ২ থুদেকখিবা তেকখিবসে রাকচিং থাগে হুমিংনা নোংমাইচিংনে। ইন্নুংমিং লাইবুংথৌনা অরাংদা থোংথাং অমা থাংবা হুমিংনে। হুমিং অসিদি লাই মী পুম্নগী মথৌ তেকপা ওইবদো লাইরেম্বী নহাক্না পীনবীও অতেকপা লাই কৌবদা ঐহাক্না ওইরগে হায়না খুদমখি পলেম নোংথাং লৈমনা হুংনিবীহ্নুনা মতমক ওইরসন্ত হায়খিএ হায়খিবা মতমদি হয়িচক্কী ময়াইদনে। মসিদা থৌরম তৌবা তারবদি অতেকপা কৌবা লাইনা মপু কাদবা অতেক অকাই নংবা পাংদবা পুম্না তিংনা পাএ। ইনা নোংথাং লৈমা পাখংবনসু লাই অহুদা মতিক পীখিয়ে। অহ্নুনা লৈগনো তৌইদোয়। তেকপা চাংলেন্দী নোংচাল্লকচৈগী ৪ দগী ১৬ ফাওবা তেনএ। অমুক হাংলেন ২২ চংপা ফাওবা তেকএ। মতম অসে হুংখিনগী মুথক ১৫ মন্নুংনে। ১৪ দগী ৩০ ফাওবা হুমিংদাং ফাওবা তেকএ। অকবা থবক থৌরম পাংদয়ে থাদোকও।

ফাইরেন - থাংজ তেকএ। খাইদগী ফাইবগী লেন ওইবা খা ফংইলেন চিঙুবা কুমদম থা অসিদা তেকপগী রা হায়বা। চাংঙুবা কুমদম-লিবা লাইদি কৌক্রনে, পলেম ইমা কৌহ্নুনে, লোইয়ালাকপনে, চিংঙুবা থাংজিং কোইরেল লাইনে, লাই ৪ অসিবু কুমদম মপু হায়না খংনৈয়ে। কুমনা নোংপোক লমদা থাইয়। লাই ৪ অসিনা থোংথাং ৭/৭ চংলে। কৌক্রু লাইজি ৭, কৌহ্নুগী নোংচুপ হারম ৭, লোইয়ালাকপগী পোলেম মাইকৈ কৌক্রুগা মনিংগা তাইনবা মফম/হুংশিং লমসু কৌই। ) ৭, শন্দোংদা লাইচি ( ঈশিংলমসু কৌএ ) দা ৭ থাংএ। অতুগা নোংপোক লমদা থাংবদদি মালেম অসে মেৎপা য়াদে মচেৎ মচেৎ কাইনা তেকএ।

তৌফম খদত্না নোংপোক চিংঙু শিদবদা হংগংলে করম ওইবনো, নোংপোক্কা খোংথাং য়াদবে, মৈরমদা য়াদবে, চিংখৈদা য়াদবে, মখাদা য়াদবে, খমন্নুং লমলেন মখাগা মৈরমগা তাইনবা মফমসু য়াদবে, য়াইবী মৈএাংলম (চিংখৈ) বু করম ওইবনো নোংশি নোংদম্বীও হংগংলে। নোংপোক চিংঙু শিদবনা নখোয় লাই ৪ দি মাইকৈশিং অসিদা চংপা য়ারোই লম তেক্কনি। নখোয়না থাদোরকপা ইরাই ইনিল নুংশিং খমকোন্নচিংবদি লাকপা ওইসনো হায়খি। অদু নুংগী মখোয়না মালেমদা থাংত্না লম্না মতেক মতেক তেকখিবসে থাংজ কোরৌ নোংজনে খানা ফাইরেননে। মরম অসি লৈবদগী নোংপোক চিংঙু শিদবনা য়াহনখিএ। লাই মী পুম্বগী থৌরম তেকপা ওইরো লাই নখোয়সু মযম মফমদা লেংদনা লৈরো নমু তাইবংনা পত্না অথোয় নাপন্নরবদি চহি অত্দা ময়ুম কিন্তবা তেকপা ওইসনু হায়খিবনা তৌহৈদ খংও। য়াংলেন্দী ইনুংয়াই মতুং ৫ দগী নুংথিনগী মতম য়াংলেন ২৫ ফাওবা তেকএ। অদুগী মতুংদদি চীংঙু শিদবনা থৌজাল্লে। অসুম্না লৈরীবা থা থাগী অতেকপা কোরৌ নুমিৎ অসিদা অফবা থবক থৌরম তেকপা কাইবা য়াদবা তৌরোইদবনে। কত্তবা খিবিক মাহন তাকহনবগীদি লাইরেন নোংজা অসিনা অথোইবনে। থৌরম য়েংনা অফতা-কন্তবা য়াথল তৌও। মীওইবনা থয়াই পানবা শা খুদিংদগী অথোইবা ওইরীবসে মরম অসি লৈবননে।

## নামুংবা নুমিৎকী পরম হায়গে।

**শজিবু**— ৬নি, ৭নি পানবা নামুংএ। ৬নি লাই মী পুম্বা শিন (থবক থৌরম খিবিক) লেপ্পে। ৭নি চহি হৌএ। লৈথোং ফাংনা খুদম য়েংএ। লাইদি পাখংবনে। মহাকপু লৈখুন লাই পাখংবসু কৌএ। ৬নি পানবদা কোংবদা শাথোকএ। ৭ নি অঙনবদা কোংবা লৈম্নুং হুংলে। খর থেংবদা লাংঠৈ কুমজাগী ওইগদবা কুমথাইরোনগী অচংপা

চংনবগী খোংচং খুদম লেপরা নিংশা থরাই চিংন্নবা শংলৈ ১০৮ গী পরম তাকপীনবা লৈএ। মরম অসি অসি লৈবনা লাইগা মীগা শন্নদে। শন্নদবগী মরমদি পাথংবনা তোপ্পা কনা থেংনদনা লৈথিবনা কনা শোক্লা পন্ন য়াদবৰু নামুং পাঙ্গল পাথংবা কৌএ। মঙোন্দা শোকপা য়াদবগুম লাইয়াম পুয়মকস্থু শোকপা য়াদবা নামুংবা ওইরো তায়খি। পাথংবগী অথিংবা য়াথং অনিনা মরম ওইদুনা থাবান অনি অসে তাইবংগা লাইগা নামুংনৈএ। য়াংলেন্দী ইনুংয়াই মতুং ৩ চংপদগী ১৮ ফাওবা অকনবা নামুবনে। ১৯ দগী ২৯ ফাওবা পাথংবনা কুবিদুনা নামুংবা তেকএ থৌরম য়াইএ। মতুং য়াংলেন ১ চংপদগীদি ইনুংয়াই ফাওবা য়াদরে। মুমিং থাবান অসিদা লুহোং-খোংদোংলবা লাংহৈ (চহি) ৫ দা য়াইগুমএ। লাইগী তিনগী থবক তৌরগা মতিক ময়াই ফন্নবা শোন্দম মাদম্বা ওই অমদি চহি অহুদা অনা অয়েক পীবা, অরা-অনা নংবা পুয়মকপু খোইয়ুম লাইথিবিরা পীয়ে। মরম অসি লৈবনা নামুংবা থনান হায়বসে থবক থৌরম মবি লৈনবশিংদা চেক-শিনগাদবা ওইরে।

**কালেন** — কালেন থাদি ২ পানবা, ৩ নি পানবা নামুংএ। নামুংবদি অতিয়া সিদবনা মচাইবুংঙো নোংপোক অহাবা, অতিয়াগী য়েংকী মুংশিং লমদগী পুথোকএ। পুথোকখিবা মুমিংতো কালেন ১ পানবনে নোংমদি নপা মচা শোক্ত-শন্নদনা নামুংএ। মাই হায়দুনা থনএ। ৩ নি পানবদি শান্না পাঙ্গল কল্লে চাওবা লেপ্তুম ফারে। লাইনা পুথোকপা ওইবনা নোংমদা শারেপ ফাইয়ে। মহাক্না লোকতাক্তা চংদুনা ইরু মাইশেংএ তম্না লাক্তুনা অতিয়া মপুদা থুকনজৈ ওবাংদি খোজানবীদে হকচাং মাংবনা মরম ওই খঞ্জবদগী ইরু মাইশেংজরে টিংঙু থৌদা পীনবীরো হায়রবদা অতিয়ানা থুমএ। পাবী নহাক্তী কারন থৈনা য়ুংনা থুংনা চংতুনা নামুং পাঙ্গলবা লাই ওই.জীও হায়-রবদা মচা ইবুংঙোনা থুমজৈ। তাবীয়ু ইপা ইবুংঙো নচাবু চীংঙু

পাঙ্গলবা নামুংবা থোনবীরবনা ঙসি ঐনা থোকখিবা ২ পানবা ইরু মাইশেংবা ৩ পানবা অসিদা ইপাগী থৌজান ফংজবনা থবান অনিসে ঐতগী ওইজরগে লাই মী পুম্বগী নামুংবা থবান ওইহনবীরো। লম হেনবদো নচানা অরা চৈবী চৈথেং পীজগে ইপানা য়াবীঙ। মপারী রাহৈ তারগা অতিয়ানা থুমখি অতুমক লেপ্পা ওইরসনো লমচৈনবা লাইবু থাজদবদো মপা ওইবা ঐবু ইচা ওইবা নংবু থাজদবা নাপন্না মাংওইন্না থুমহৎখিবা কনা তাইবংনা নত্রগা খোইয়ুম লাইনা তৌরবদি নামুং পাঙ্গলবা নহাক্কী নতিক পীয়ো হায়খিয়ে। নামুং পাঙ্গলবা লাইগী মনুংদা অতিয়া শিদবা অশিবা পাখংবা অতিয়াগী মচা ইবুংঙো হায়রিবশিংসে নামুং পাঙ্গলবা নতিক লৈবা খোইয়ুম লাই ঙাক্তনে। নামুংবা থবান তাত্রবস্থ হায়রিবা লাইশিংসে লাই মী পুম্বনা শোকহৈদে-হৈ-লৈ কংচবদি কাইদে। মরম অসি লৈখিবনা কালেনগী নামুংবা থবান অনি অসে লাই তিনগী থবক খৌরম পাংগনো। রাংলেন্দী ইঙুংয়াই মতুং ৭ তগী মিকুপ হেনবদা নামু এ। রাংলেন ২৭ ফাওবা অকনবা নামুংবনি। মসিগী মতুং ২৬ ফাওবদি খৌরম য়াইএ। অতিয়া মানা কুনীএ। কালেন থা অসে ইচানিপা অহলগী লুহোং খোংদো'বা য়াদেয়ে। চহি ৪০ হেল্লবদি দোব খিবীক কোকতুনা য়াইয়ে। ইচানুপী অহনগীদি থোইনা কাইদেয়ে।

ইঙা— ইঙা থাদি ২নি পানবা, ১০নি পানবা নামুং থাবাননে। ইঙাগী নোংমা পানবদা কুম পুবা লাইবু থুকমজেএ। মসিবু কুরাক লমতাইবা কৌএ। লাইবাক নিংথৌ তুপ্পা পাংথোকএ। কংলিবা পোংচৈশিংবু লাইয়ান্না য়েন্নতুনা চাইএ। ২নি পানবদা লাইয়াম্না হরাওএ। কুমখাইরোন পরম পীসি হাইনৈয়ে। অতুম হায়নখিবনা ১০নি পানবদা হায়দোকএ। লাইগী মরোন্দা কুমখাই নোংথাংনা পীয়ে। খোংবগী মাইকৈ লেপ্তুনা কুম অতুগী মরাইবক লেপ্লে অতুনা লাইনা হায়দোকপা কৌএ। লেপ্নখিবা থবাননে হায়দোকখিবা থবাননে। লাই মীগী খৌরম

তৌবা য়াদবা নামুংবা লাইগী মীগী শমবা য়াদবা ওইরসনু হায়না লাইয়ামা হায়দোকখিয়ে। হায়দোকপদি নোংখাংনা হায়দোকএ। নোংখোংদি ইভাগী অনিরক খোংবা নোং কৌএ মতুবু কুমলেপ খোং কৌএ। হায়রিবা থবান অনি অসিদা লাই তিনগী থৌরম অমতা য়াদে নামুংএ মাংএ। রাংলেন্দী ইনুংয়াই মতুং ১০ মীকুপ লাংম্থাকপদা নামুংবা ওইরে। রাংলেন ২০ কাওবা অকনবা নামুংএ। মীকুপ লাংম্থাকপদগী ২৭ ফাওবা শেংএ লাইয়ামা কুবিএ। খংজরবদি থৌরম য়াইএ অথংবগী তানৌও হায়খরবনে ॥

**ইঙেন—** ইঙেন থাদি ৬নি, ১১ নি পানবা নামুং থবাননে। ইঙেন কৌবা থাদি কুমখাই থানে। থাবা মরমদি নোংখোংনা থাইয়ে। অতুবু লাইনা হায়দোকপা কৌএ। কুমখাইরোন অচৌবস্থু কৌএ। থা অসিদা কৌক্রু লাইনা ইমা কৌনুনা মীংয়েং লৈএ। য়েংনফমদি কৌক্রুগী শম্থোং লৈরকপা চীংমাইদনে। অতুনা ১১ দা মীংয়েং লোইয়ে। পরম অসিবু লাই কোম্থবনা উখিয়ে। কৌক্রু কৌনু ইকাইখিয়ে। কৌক্রুনা হায়খিয়ে। ইকাইতবা নংনা করিগী নামা মাইয়েংনববু তৌনবরা নংদি লাই মরক তিন্দবা নামুংবা ওইরো। নমু তাইবংগী চাকথা ফংলগনো রানা লেপ্লো। হায়রবদা লাই অতুনা কৌক্রুদা খুংমজৈএ। ননাই খংদতনা তৌজবনে অসুম য়েংতুনা লৈজবা নক্তে কাওরেন শম্থোইবা লাকচবনি। ভাকপীয়ু হায়জরবদা কৌক্রুনা হুংশিবীরতুনা নহাক্কী য়ারাদো চুম্নবনিনা থবান অনিথক্তং অখোইনা মাইয়েংনবা হৌবা অমস্থং লোইবা অসিদি চারা নামুংও অতৈদি মনিং তম্লসনু হায়খিবা লৈবনা হায়রিবা থা অসি থবান অনি অসি নামুংবা থাবাননে হায়না কৌক্রুনা লাও-থোকখরে। পুংপাশিংনা হয়া চক্রুগী চংনরক্লে। অসিদা থৌরম তৌরবদি মখোং মথুং পংথবা তংখাই শিবা লৈনা নংএ। তৌবা য়াবা য়াদবা রাংলেন্দী ইনুংয়াই মতুং ১৫ চংপদগী ২২ ফাওবা নামুংএ তৌবা য়াদেএ। মতুংদি কৌক্রুনা কুবিএ। নামুংবা ফত্তবা মাংহন্দুনা অফবা মশেন

ওইহল্লে তৌবা য়াইএ খংও। মতম কয়াদগী চৎনরক্লবনা থৌরম চেকশিল্লো।

**থবান** – থবান থাদি ৪নি, ৬নি পানবা নামুংএ। থবান থাদা খোয়্রুম লৈকোইবনা হায়বদি অশিবনা লৈকোইবদা রামনখিহনা থারেপ থান্‌নবা পোথাইয়ে। পোংথাখিবা থাবা থারেপ থান্নুং শারেপ ওয়েপ থা থবানও কৌখরে। থবান্দী হাইরিবা থবান ২সিনে। মুনিং শিংবুন ও পোথাইএ। মহাক্না পোথারিবৈ নোংপোক খাবনা মতিক লৈগে হায়হনা অতিয়া শিদববু নিংজখি অম্মুম্না অতিয়ানা লাক্লুনা থৌজান পীগে তৌবসে অশিবনা উইএ। মগাক্না লেপ্লুনা য়াম্লুং ইনুংঙো নামুংও থৌজান মতিকমু নামুংও লাওববু অতিয়ানা ওাখিয়ে। হি! অসিদি ঐগী ইনাও য়াইমনিনা মগাক্তী অরা পোথামাল্লে খাবা নংনো খংনা খংনা ঐঙোন্দা থৌনিবদি অনিবো খুংদনা অপাম্বা ফংদবা ওইরো। মতুং থবান অমদা নংগী অফবদো পীগে মুনিং ও অসিদি চাদ–থক্ত নামুং অরাংপা ওইরো হায়হনা লাইপুম্বা তানা হায়খিয়ে। অসিদগী থবান অনিসে থবানগী নামুংবা ওইখরে। অরিবা মতম হরিচক্লগী চৎনরক্লে। রাংলেন্দী ইনুংয়াই মতুং রাংলেন ও চৎপদগী ১৯ ফাওবা নামুংএ। ১৯ মিকুপ চেনবদগী ২৪ ফাওবা নামুংদে অশিবনা কুদিএ। মতুংদা ইনুংয়াই ফাওবা নামুংখরে। মসি খংনা থৌরম তৌও॥

**লাংবন** – লাংবন থাদি ২২নি, ২৮নি পানবা নামুং থবাননে। লাংবন থাদা পাখংবনা নোংপোক নগা পাখংবা শাইওন্দুনা তাংখুন শারম পাখংলিবৈ ইমা নোংথাং লৈমনা খংলহনা নমদা শম পোহনা লোইবা হাওবী শাহনা তৌবী পাখং মনাক্তা চৎলুরে। শারম থোক্লা চৎলুরে। পাখংবা মহাক্তী কনা শন্নবা য়াদবা নামুং পাঙ্গলবা শারম পাখংবা ওইহনা লৈএ। তথা হাওপীবু উরগা পাখংবনা হায়এ। ফৈলেং চৎপীরা, নতুং মাইপীরা, নমাং উরেপ উশারা নপাও শেংউ শেংতরবদি লোইবীদা লোই থাগে হায়রবদা ইমানা হে পাঙ্গলবও ঐদি চুমলেং চৎপীনে

ভমদা মৈত্রেং পাইবনে কোরৌদা নোংথাং মৈরেন হায়বীনে ইতিকতি মৈবীনে হায়খি। পাখংবনা থুমই অহুদি চসিদি নামুং কুমিং ওইরে। কুমিং শীংবুম ৭ নিদি কনা শোক্কবা য়াদনা নামুং ওইনা লৈরগনি। ঐগী ওইদা নংস্থু লৈবো মতুং নুমৈ শান্নসে ঐখোয় অনীনা শোক্ক পন্নদনা লৈববু লাইতিনগী থৌরন য়াদবা নামুংবা কুমিং ওইরসনো হায়খি। পাখংবগী য়াথংদি লেম্না মাংবা য়াদবনা লাংবা চক্তগী চংনরক্লে নপাম্না তৌরবদি লিনলাই কুংশিং পকএ। মশাদা লাইমন কুংশিং অরিবা লৈএ। অরা অনা ভোইহুনা তাইবংগী পাংদয়ে। লাইগী ওইরগনা কুমিং ৭নি লাইরমলেন তিনবা য়াদে ল্লুইএ। রাংলেন্দী ইন্নুংয়াই মতুং ১৩ চংপদগী ২৬ ফাওবা অকনবা নামুংবনে। কুমিংদাগী মতমদা রাংলেন ৫দি য়াইএ। নোংথাং লৈমা ইমানা কুবীএ। কুপা খংদ্রবদি থরানসে থাদোক্কদবা ওইয়ে।

**মেরা** — মেরা খাদি ৯নি পানবা নামুংএ। পান্থোইবী ইমানা লৈকম-লকপদা ইমাদা লাই পুন্নমক্কী মতিক হাপ্পী, লাইরেম্বী পুন্নমক্কীগু মতিক হাপ্পী হাপ্পগী মরমদি তিংকম লাইকম অনি অসে অতিয়াগী থৌজা-ন্দগী শিবা লৈতরে থক্তা পাইনিংঙে, মনিং মালেমদা চেনিএ মনিং মখোয়না থেংজুবা ইল্লুবা পুম্বা উজাও কয়া নুংজাও কয়া চীমাই কয়া কিন্থৈয়ে। কনবগী হায়নিঙাই লৈতে লাই মী পুম্বা মথুং নাম্মনা তাপ তাপ ফাবা ঙমএ। পাইনিংবা খুলাই পুথোকপা চমই থু উ পুম্বা শাইগাইহুনা চাগেনগুম কামথোকপা ঙমই। মখোয়না লম হেনগংলকপা খাগী থক্কী লাই পুন্নমক লৈতানা পানবা ঙমদে। মখোয় পুম্বনা অতিয়াদা হক্কংলে। মহাক্কীস্থু মতিক লৈতরে পীথোকখ্রবনিনা হক্কিনবা য়াদে। ঐখোয় পুম্বা অতিংকাক শিদ মকাদা চংলসে হায়হুনা পুন্না লাক্লে। লাই পুন্নমক্লা মপুদা লোন্না পুকমজেএ। হরাওনা হংনীরমই পাগী ইবুংঙো অতিয়া-ইচাশিং ওইবা লাই পুন্নমক মখোয়না লাকপগী মরম হায়রু তাকপীরে। লাই পুন্নমক্লা মকোক নোম্না হক্কংচৈ। নচাশিং ঐখোয় পুম্বা পানবা

ঙমদরে। মপু ওইবা অতিয়ানা তিংকম লাইকমদা মতিক ময়াই পীখিবনা লাকশিনবা ঙমদরে। পুন্নমক খালবা মপুনা মোমোন নোক্কুনা ঐনা পুখোক্লীবা ইমোম ইবেম্মা অপাললেম্বী অসে ফজবগী মতিক পুম্বা লাই নখোয়না হাপ্লো। নতিক ইতিক পীরসে মখোয় অনিদি খংনদ্রবদি কনা লাইনা লাকশিনবা ঙমলোইরে। অপানলেনবী উরগা অপাম কলক খংহনসে হায়হুনা পুন্নমক্না অপানলেননীদা মতিক পুম্বা হাপখরে। ফজবগী ঙমখে লৈখিদরে থক্কা খেক নৌগা নৌ শাথোক্লে শাজংনে ইপোমনে খুজি নাচিখালনে পুক্লিং হুবা মশক ওইরে। হে ইমোম ইবেম্মা নহাক্কী খুলাইদি খশ্বী মৈরেল মৈকোই অসি পাইয়ু তিংকম লাইকমগী মাংদা চংখরো হেন্না কেহুনা অপাম কলক মীহৌহল্লো ইমোম নংনা হায়রো ঐদি অনিদা লৈবা য়াদে অমতদমক লৈগনি। নখোয় অনিনা ঐবু লৌগে হায়রে অহুদি নখোয় অনিগী মন্থদা ঙঙম্বদা ঐ লৈগে হায়য়ু তাকপীরে। ইমানা মপুবু পুকমজে লাই পুম্ববু খুবমজে নয়াখং পাংথোকপা ঙম্বা পীনবীয়ু হায়জে। অস্থুম্না ইমানা তমদা কুপ্নক্লে। মসি মেরাগী ৯নি পানবা ওইরে। মপুগী থৌজান কনানা খংগনি তিংকম লাইকম মচিন মনাও লাইরেম্বী কয়া ওং নৈকরগা হল্লকপদা ইমাগা মাইয়োক্নরে। ইমাবু উবদা এ! ফজখরেদা অরাংপা কৌবা লৈতে ঐখোয় অনিনা লাইরেম্বী কয়া ফজ হায়রুবসে মহাক্কী মাংদদি অরেম্বা ওইরে। মসিদি ইয়াম্বা তালোই ওইগে ইনাওগী কোন্না থিসে হায়না তিংকয়া হায়খি। লাইকম্না কুমই। তাদ ইবুংঙো নহাক্কী অহলনি ময়াম্বনা মনাও শের্ম্বাকম থোকই মনাওবু হান্না মরান নুংহোংও মনাওনা পামজবদি মাংদা লেপ্পীবী অসিনে হায়দুনা ঐগী ওইগে মাগী ওইগে য়েংনরে। অহুদি ইচিন ইনাও খংনগুমসি নুপি মচিন হংসি অপাম্বদা লৈসন্থ হায়না য়ানরে। অনিমক পুন্না চংলকলে ইমাগী মাংদা অহুগা হায়রে। হে শকহেনবী নহাকপু উবদা ইচিন ইনাও অনিমক শুমহংলে নংগী অপাম্বদো করিনো চীংফুক্কুনা পীয়ুরা, উজাও ফুক্কুনা পুরকউরা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী ফাহুনা পুরকউরা, লন থুমদা করম্বা লন পাম্বগে

অপাম্বদো পীগে অনিংবাদা তৌগে নহাক্না ঐখোয় অনিগী মনুংদা অপাম্বা অনতং খল্লু ঐনা ময়াম্বনি ঐ.ডান্দা পামলে করে ইনাওদা পামলে করে ইচিন ইনাও য়েংনররোই য়ানগ্রবা রাকমনি নংগী ফিগে শেংউ হায়রকখি। ইমানা নিংখিনা খোইরোম মোমোন তৌই হরাও ভয়াম্বা ডুংলি হেন্না কলক মিংয়েংহল্লী তেন্না ফজবা শাথেক পুথোকই। ইমানা থুনই নুংডাইজে হরাওজে নখোয় অনিগী ভালোই ওইজবদি কোরৌ লাম্বা ফাবগুম্বনি নতিক নয়াই লৈবা অকনবনি ঐগী অপেনবনি। অহুৎ নিপা ২ দা নুপী অমনা লৈবদি চংনদে নখোয় ২ গী মনুংদা কনাদা লৈয়ুগে ময়াম্বসু পাম্মী মনাওসু পাম্মী খন্নরগা অমতা লেপ্পু লৈরগে। লনথুমসু পামদে, লাই ফাবসু পামদে চিংজাওসু পামদে উজাওসু পামদে লেয়া থরাই কংকে নখোয় অনি খংনৌ ভাকপীরে। মচিন মনাও অনিহু কয়াম হরাওজে। কৈদৌবগে ইনাও ইবুঙো কৈদৌবগে ইয়াম্বা ইবুঙো ঐগী ওইগে ঐগী ওইগদা য়েংনরে য়েংনবদা শাওনরক্লে ঐখোয় অনি খংনরক্লবদি অহুতৈ অতিয়ানা মাংউ হায়খিবনি মরম অহুনা খংনবদি য়াদে করম তৌসিগে অমুক্তসু ইমা মাংদা চংহুনা হংলরে ঐখোয় ইচিন ইনাও খংনরবদি ঐখোয় অনিমক মাংলগনি অহুনা ফজবী নংনা লেপ্পো ঐখোয় হায়কম খংদরে। অহুদি নখোয় ২ না অমা লেপউ য়াদ্রবনিনা এবু ভম্বা নিপাদা ঐ লৈগে হায়বসু ঐগী রাশক লৈয়ে। অমমম ওইনা চাইনসি হুইয়েল লান্দা এবু মাই-থিবা পীবা ওম্বদো ঐগী ইপুরোইবা ওইগে। নখোয় অনিগী মনুংদা কনাগা হান্না থেংনগনি শেম শারো হায়রবদা মচিন মনাও অনিহু ওনশিন্নহুনা নোকই। করিসু লৈত্রবা লাইরেম্বী অসিগা ঐখোয়গা করম্না লান থেংনগনি। ফজমনখিবনা থুং থাবা ফাওবা ভমলোই নৌখিবনা থুলাই থাবসু ভমলোই হুপীগা করম খংনগনি। মসিদি ইয়াম্বা হান্না চংউ। ইয়াম্ববু মানা ভমথ্রবসু চিংথহোবা ননাওগী ওইজরগে। ইনাও হান্না চংউ ইয়াম্বা চিংথহোবা ওইহৌরগে অসুন্না য়েংনহুনা লৈরে। ইনানা অমুক হন্না হায়রে। নখোইদি ঐগা লান তৌসি হায়রবসু

য়াদে। নত্তিক ফুদোক্লুনা অঙম্বা অমা লেপ্লু হায়বস্থু য়াদে। নখোয় অমুক পাংদবা করিগীনো অহুগী শরুকপুদি ঐগী খোংদা তুজৌ নথরাই কনবীগে। অতিয়াদগী ফংবা নত্তিক নয়াইদো ঙসিমখৈ লাইরেম্বী ঐঙোম্বা কংলবনি হায়জৌ হিংবা ফংগনি নত্রবদি চেনগদবা মাইকৈ লৈতে। মৈবী মৈকোই লংশিন্দুনা কোইনা মৈ চাক্লুনা মল্লুংদা মংখোয় অনি থমলে। নত্তিক লৈরবদি মৈহু মুংথংলগা চেল্লু হায়রক্লে। মখোয়না কয়া হোংনৈ নাম্থোকপা ঙমদরে। মৈশানদি অকনবা মৈশা ফংলে। নখোয় অনি খংনৌ লান তৌনৌ অমতা ঙাইহৌরবদি ঈশিংগুম ইংগনি অসুম্না ইমানা হন্না লাওই। মতুংদদি মচিন মনাও অনি অসি খর খরদগী শাওনরক্লুনা নহাক্ত হাংলগে অইংবা ফংহুনা লাইরেম্বী লৌরগে হায়না ফুনরক্লে। অঙকপা মফুননি অপাম্বা। খুংলাই খুত্তা থোকপা ঙম্বা তোংনিংবা শাদোং পুথোকপা ঙম্বা, ওননিংবা শক্তম ওনবা ঙম্বা মথং মথং খংনরকপ্না কন্না খংনরে অমনা অমবু ঙমগে তান্নরে। অতি-য়াগী থৌজান লৈবনা অঙকপা লান খুংশোক্লনি। মখোয় অনিনা ৯ নি পানবগী ইনুংয়াই হেক য়ৌরকপদা মখোয় অনি শিম্নিন্নরে। ইমানা হরাওরে। শিরে শোকপা য়াদরে নামুংএ। নোংঙাল্লগা মপুদা হঙ্গংলুই। অহুনা ইমানা নামুংনা ফনএ। অসুম্না ঙাংনবা লানশোক্লবা তৌখিবা অয়ুক্তগী অহুম নামুংখরে। নামুংবা ওইয়ু হায়না ইমানা লাওখরে। থবান অসিদি রাংলেন লৈতে। অমম-অঙান নোংশোইবা নামুংএ। ইমাগী রাহৈবু ইন্দহুনা অথোই নাপন্ননা থৌরম তৌরবদি লংহৈ ৯ দা লোমএ। শোইদবা ইমাগী য়ারানে খংও॥

**হিয়াঙ্গৈ**— হিয়াঙ্গৈ থাদি ১নি, ১৫নি পানবা নামুংএ। হিয়াঙ্গৈ নো না পানবদা তাইবং মপুনা কাওরেন মন ওইনা তাওএ। তাওবদি অরাং চাওখোং ইরিন্দনে তাওবা চংতরিঙৈদা লৈমরেন্দা পাওমেল্লে। ঐগী ইচা ৩ খোইয়ুম ঐগুম মত্তিক লৈবা য়েংলম থুংনা য়েংমাবা খম্বী মৈগুম মত্তিক লৈবা খমকোন খুনেংনবা নামু পাঙ্গল হেনবা ইঙৌরোক লাই

খুনম য়াইলেনবা নপারী ৩ দা পাওমেল্লো মপু ঐ লাক্কনি অরাং চাও-খোং চিদেন্দা সনাগী লৈহাও তাওরনি লৈহাও মশক খংবদো নউ য়াওদবা পানেন খংবা, লৈখোক য়াওদবা লৈরাং খংবা, পাম্বী য়াওদবা শিঙেন খংবা ওইগনি হায়বা তাকও। হিয়াঙৈ থাবুং নোংঙানবদা লাক্কনি পাওদমও হাইরম্বনা মপারী ৩ দা তাকখি। মপারিশিং অহুদি অতিয়া অশিবা, পাখংবনে। মমাংগী রাথং ফংবদা মাগী মাগী খোংলোই কনাগীনা কৌক্রুনা লুচিংই, কনাগীনা থাংজিংনা লুচিংই, কনাগীনা রাং-বরেন্না লুচিই অমুম্না মাগী মাগী খুংপুগা লাক্কুনা অরাং চাওখোং হিদোন মরিন্দা পন্থৌ মপা লাকপা ঙাইজখি। মপুগী পুক্লিংদা থল্লী ঐগী ইচাশিং অদো ঐঙোন্দগী তাদনা মতিক লৈবা ঙাক্তি করিবু ওন্দুনা চংলগা মখোয়না খালোইদগে খনলকলে। মথল মথল কয়া ওল্লুববা মতুংদা কাওরেন ঘন ওইনা ওল্লে। ঘন অহু শিরে মচুনা য়োংমাল্লে মমুংদা মপুনা ফমএ। শিবদ নত্তনা পংপা পুন্নমু ওইরে। নমথিবা মনম্না মাইকৈ ১০ দা চাইরে। অমুম্না তাওথরকপনা অতিয়া পুংলেন্দা মুমিং ৩ তাওই। অতিয়ানা মপানি খ খিদে নমথিবা মনমবু তাবদা অতিয়াগী মাগী খুংপু লুচিংবা কৌক্রুগা মমাই লৈথোক্লা খাএ। মপুনা ফারে পারী নহাক্লা খাদ্রবনিনা ইপা মথা চংথরগে খল্লদুনা অশিবগী পুদা লাল্লে। মুমিং ৫ নি তাওথরে। থাংচিং অমদি অশিবা লাই পুন্নমক্লা তুংওইন্না থাংলে অসিনা ইপা ওইবা হৌনদে নমশিরবা মনম ইপাদা চেন্দে লাকখিগনি। হায়দুনা ঙাইদুনা লৈহৌরে। য়াইমা নহাকসু খংদরেকো হায়না মপুনা শোনখি। চংলগে হায়দুনা পাখংবা খেক্লা পুংদা তাওথরক্লে। পাখংবনা ইপা লাক্কনি হরাওদুনা উনিংবনা ঙাইঙমদদুনা খেক্লা খোংএ হায়বগী খেক্লা পুং কৌএ। মকম অহুদা মুমিং ৬ নি তাওএ। পাখংবসু খংবা ঙমদরে। মপুগী রারৌবা শাওবা থমথেংলে। মতিক য়াওদবা ইচা ঙাক্তা ঙাইরে হায়না হুম্বা হৌনদ্রবা ঘন অশিবগী মনৈদো থরদং লেংলুরে কুপ্পা য়েংদুনা লৈবা পাখংবনা উরে। মতম অহুদা মপুদি লান্দুনা তাওথোকখরে। ইচেল কন্না চেন্থনা

তাওখরে। মপুগী পুক্কিং মতুংইন্না ইচেল কল্লে পাখংবনা তুংশিংঙ্কী মমাংথানা চেন্দুনা মনশি অছু তান্নরকপা পাওতাক হিদেন্দা ফংলে। পান্থৌ মপাবু চেংনা কোল্লে নমথি হকনৈবনা থওইদব্রে। মপাবু কংফান্দা পুখংলে যনশি ওইবমহৈদগী মপু ওইনা চোংথোকলে। মপারীদা থোজান পীরে। নন্না কাথোকউ ইপা চংগে, ইয়ু খোইজংবীগে মালেমগী মপু ওইজৌ নত্তিক ইপাদগী তাখদবা ওইজৌ হায়বীরে। অত্তিয়া অশিবস্তু চেল্লক্লে। মপাদা খুক্রমজরে। থৌজান্না মিংয়েং শাংখৈবীরে। অস্তুন্না মচিন মনাও অহুন্না মনশিবু পোলোই ইথা তৌঐ কৌক্রনে, থাংজিংনে ব্রাংবরেননে, মারচিংনে লাই মরিনা চুকথোং মরি থৌগল্লে। অত্তিয়ানা থক্তা থাকল ওইরে। অশিবনা চয়োন ৭ পুথোক্তুনা শিংখল ৭ ওইরে। পাখংবনা লোইদাম থাজ ওইতুনা ১২ না অনি অনি ৬ থুপলে, উয়ুং ৬ যুংলে। খুমন মঙাং লুরাং অহুন্না লিপুন ফারে। পাখংবা ময়াদগী মৈবী কামথোক্লে শিংখল ৭ পু চাকহল্লে। মথুবাক্লা হোই হোই হুমঐ হুমলাই কৌথরে। মসিবু খংবা উরোক কৌবা উচেক্লা হুমিং অসিদা ঙা ফাতুনা চাদে নত্তিঙ্গাক চরা হেন্দুনা লাই নিংঐ। অস্তুন্না থবান অসিমা উবোক্লা ঙা চাদে খ নগনি। নোংমা পানবগা, মপু ওপ্প্থ হুমিংনে, ১৫ নি হিথা লোইবা হুমিংনে হায়তুনা মচিন মনাও অহুন্না লাই মী পুন্থনা মপুবু নিংজতুনা নামুং থাবান ওইরসন্থু হায়না লাও-থোকখি। অসিগী মরম অসিদি খুমন পীবালেন অথোইবা মঙ্গাক্লা মঙাং লাইনিংবদা তাকখিয়ে। মতম অহুদি লাংবা চারু। অহুদগী চংনতুনা লাক্লে। খ্বাইদগী মপু নিংবা ফবা থবাননে চরা শিংপদা খ্বাইদগী হেনবা থবাননে। চরা শিংনা শিংনা মপু নিংজরবদি শিন্না লৈনা চেন্দবা তিনকোক লাইকোকপা পুন্সি মুংশাবা অক ভুংঙাই পুনববু পীগনি হায়না মচিন মনাও ৩ না লাওথোকঐ। ১৫ নি থাবদি য়াইমবনে। মসিদা লন হেন্দুনা মচিন মনাও ৩ গী য়াথংবু ইন্দতুনা অথোই নাপন্নতুনা লাই মীনা মাগী মাগী থৌরম তৌরবদি লাই ওইরগা নাইতোম লাই ওইসন্থু মী ওইরগা লাংহৈ ১৫ দা লোমসনো। মপু নিংবা মীদি

য়াইফবা ওইসনু হায়খিয়ে। রাংলেন্দী নোংয়াই মতুং ১৩ হেক চংপগা লোইরমদাই রাংলেন ২৪ চংপা ফাওবা নামুংএ। মতম অদা পোলোই চিথা লোইবা মতমনে। মতুংদি মনিং তমও। মপুনা কুবিবা ওইসনু হায়না মচিন মনাও ৩ না হায়দোকপ্রবনে॥

**পোইনু**— পোইনু থাদি ২নি, ১০নি পানবা থবান নামুংএ। শীংখোং পোরৈতোন্না নোংপোক অনদ্রোদা মৈ হৌবা লোইরদুনা কাওরেল বন লাবা অমনে, মৈহুম অমনে, চৈস্নু অমনে পাইদুনা কৌক্র লমদা লাকখি। মতৈমা লৈনাওতাবীবু থিরকখি। লাইনাওতাবীদি কৌক্রনা মমোম ওইখরে। মখোয় অনি থোরকপদা থোঙারেনগী য়াথং মতুং ইন্না লাকখিবনি মালেম হেক ফাওগংলকপগা কৌক্রগী খুজেপ্পা য়ান্দূনা তংখাই তাহল্লী অনি থোক্লা থরাই য়াইবী হাপ্পা হিংগংহল্লী অমনা লুরাং লোমদা থাখি। অমনা পোইরৈতোন ওইদুনা মখারোমদা থাখি। লাইনাওতাবীনা খোরকপদস্নু চপ মান্নবা অনি থোকহনদুনা অমনা লাইনাওতাবী ওইদুনা মখারোমদা থাখি। অমনা কৌক্র মমোম ওইনা পুখি। খোরম অসিদি থোঙারেন শিদবগী য়াথং মতুংইন্না তৌখিবনে। মনাওনিপা পোইরৈতোনগা মতৈমা লাইনাওতাবীগা লৌন-লৈনবদি মমা লৌবা শকই য়াদে। লাংওন অনি শুবদা থুংনজোও পোইরৈ খুম্হোকউ হায়খিবা য়ারাবু কৌক্রনা ঙাকপদনি। মরম অসি লৈবনা লাংওন অনি শুরে খংন্নবা কাওরেল লাবা, মৈহুম, চৈস্নু, ৩ মবু পাইদুনা থিরকপনি। কৌক্র মশাইকোন্দা চংলকদুনা পোইরৈতোন্না খুরুমজখি। নশাইকোন্দা নপারী ওইনা শাইদাংজগে অয়াবা পীনবীয়ু হঙ্গংলি। কৌক্রনা সে-সে অদু ওইরবদি নহাক্কী কাওরেন লাবদো কৌক্র ঐগী মৈরম পাংবদা নথুং চৈস্নু পাইদুনা লোইদাম থাবুম ৩ শোল্লা। নংনা কাওরেন শনশেনবা মফমবু শঙ্গেনবুং শঙ্গেনম লমলেন কৌরসনু। লোইদাম অহুম ফারবদা অমুক তন্না লাকও শাইদাংফম পীগনি। য়ুমলেপ মখোং লিংবীগনি য়ুমলৈমা মউ তম্বীগনি হায়খিবনা মৈহুম্না কৌক্র নাক্কা

থমলম্নগা কাওরেন যনবু পুতুনা চংখি। অসুম্না যনবু লোইদাম ও শেল্লে। অতুগী মফমবু তৌজিক ফাওবদা শপ্পেনবম কৌনা লৈরীয়ে। অমুক কৌক্রুগী মফমদা লাক্লবদা কৌক্রনা হায়খিয়ে। মৈহুম নংনা শম ওল্লো মতেক্না মৈতান ওল্লো। হায়তুনা ওলহল্লগা মমোম লাইনাওতাবীদা পীএ। লাইনাওতাবীবনা মাগী ফিজিদা কিরিবা অতুগুী শুগুনু নুংথোংদা পোইরৈতোনগী শম লৈমুংদগী পাইরকপা মৈরাগী মৈতান অতুগা পুথোক্নুনা য়েংনরে। অনি অতু শোইনবা লৈতরে। অসুম্না শোইনদ্রবদা কৌক্র মমোম লৈনাওতাবীবু পোইরৈতোন্দা মরান লুহোংতুনা নুংগী শুম্বল নুংগী য়াংকোক, নুংগী শুক হাওবা ময়ুম শাবীতুনা কৌক্র চিংচেপ্পা শাইদাংনা পালহল্লে। অতুগী শৈদাং পানখিবসে ১০নি পানবদনে। মখোয় অনিগী মরান লুহোংবনা ২নি পানবদনে। অসিবু য়েংতুনা কৌক্রনা লাওথোক্লে : ঐগী ইমোমগা ঐগী পারি ইমাক্না মরান লুহোংবা থবান, ঐগীদা মতম খর লৈরগা অওং অউন পীতুনা শাইদাংহনখিবা ১০ নি পানবনচিংবা থবান অনি অসে লাই মী পুম্বনা শোকপা পনবা য়াদবা শম্নদবা নামুংবা থৌরম থিংবা চারা শিংনা লাইনিংবা থবান ওইরসনু লাই মী পুম্বদা তারো হায়খিবনা মঙাং লাইনিংশনা কৌক্র লাইফমলেন্দা লুবাং লৈকোইবদা তাকপীতুনা লাইনিং নামুং থাবন ওইহনখিয়ে। লৈকোইবনা মীপুম তিংনা পাওজেনখিয়ে। হায়রিবা থবান অনিসিদা কৌক্র খুরুমজরবদি মতিক্তী থাঙমলোই। কৌক্রনা পেনবীবা হায়নিংঙাই লৈতে। ব্রাংলেন্দা ইনুংয়াই মতুং ১৬ শুবদগী নোংমা চুপ্পা নামুংএ। নামুংবা মতম অসিদনে কৌক্র নিংগদবনে। মীথোই মীহেনবা ফংএ। লম হেনতুনা থৌ তৌজরবদি কৌক্রনা তাখিবা হায়নিংঙাই লৈতে। লাংহৈ ৩দা নুপী নুপা কাইনহল্লী নচা মমু শেংনহল্লী হায়না ইপু—পাশিংনা হায়বীরমলে শোইদ্রবা কৌক্র মাগী য়াথংনে। কৌক্র মাদি কুন্দো নত্তবা অঙৌবা লৈ, চেং অঙৌবা, লুপা অঙৌবা, লফোই ভৌরুনবা, চরৈ ফি অঙৌবা, ফোলা/ফ্লেব্র কৎপা য়াই। নাহৈবদি কৌক্র মাদি লাংথৈনা নাহৈগদবনে॥

ব্লাকচিং — ব্লাকচিং থাদি ২নি পানবা থবানসে নাম্‌ং থাবাননে। অতিয়া শিদবনা ব্লাক্লা চিংনা ব্লাংনা কোরৌ কোইয়ে, কোরৌ অসি কোইরকপদা ২নি পানবদা হিরাক হিথুংএ। থবান অসিদা নৌরেল পাইতুনা রাগা তি হোন্দুনা অতিয়া মাবু নিংজরবদি মতিক্তী হাইওম- ওইয়ে লৌ উরে চরোং চুমগনি, লন তাল্লে লন থোইনা হেন্না ফংগনি, ফমথোন পাম্মে ফমথোন কাগনি, অনিবা মাইয়োক্লনা থুএ। হিথোন অফবা থবানে। হন্নরুগা চরা শিংনা নামুংনা অতিয়াবু নিংজরবদি শিরগনি হায়রবদা চহি ৭ য়ৈথোকএ, শোক্লগনি হায়রবদা খুদি খিরগা তোকএ। ফুরগনি হায়রবদা চৈরগা তোকএ। শাওরম্মমু মশক উবদা নোকএ। মতিক হায়ওমওইয়ে। অতিয়া নিংবগী খ্বাইদগী ফবা থবাননে। অতিয়া মথক কোইরকপদা অতিয়া-লৈমরেননা মালং খমকোন অরাংবা ওইহুনা অতিয়া মাবু তান্নরকখি। অতিয়ানা খংদবনা থওইরুদবনা নিংশিংল্লুদে। খনকোন অকনবনা অতিয়াদা শাফু কন্না পীএ। অতিয়া থক্তা হিথুং হিরাক্লা তাইয়ে। কনা খমকোন অকনবা লাই কনানা থারকপনো মতিক লাক্লগে হায়তুনা হৌগৎলকপদা ইমাবু উরে। নংদি ঐবু ইন্থুরগা ন্নংঙাইবোরে। শাওবীগনু হে মপুও নহাক্না শাওরবদি কোবৌ মালেম মাংলগনি ননাও ঐনা তানবা ফংলরোই খন্দুনা উনিংবনা তেনখিতুনা ইবুংঙো নহাকমু খমকোন্না য়ৈতুনা হিরাক্লা তাহনজবনি নশানৌগী মরানমু ডাকপীয়ু মোমমু ওইবী অপংবীনি অমুম ওইনি খংদবনা তৌজরুয়ে হায়তুনা খুরুমখি। ওন্থোকপনিদা লৈমরেল থাদোক্লবা লৈতনা লৈমিন্নরিবর খোইরাং খোইশাওনরিবা, অরাম খৌরাংরিবা করিগীনো হংখি। ইবুংঙো ২ নি পানবা থাজ ওইবনা থাজগী মশেক খজিক উরুবদা য়েন্নিং থুমগৎলকতুনা খৌরাংবা তেনগৎলকতুনা ইবুংঙো নংবু তান্নজবনে। খৌজানবীয়ু ননাওগী নিংবা থুংহনবীয়ু হায়জখি। অমুম্না ৩নিং ৯নি নিংবা থুংখি। অতিয়ানা হায়খি — ঐবু ইন্থুবা থবাননে, ঐখায় অনিগী অরাম খৌরাং কোক্লা লোইবা থবাননে। থবান অনি অসি লাই মী পুম্বগী নামুংঙমমু ঐখোয় অনিগী নিংবা থবান ওইসনো

অতৈ লাইগী থৌরম তাইবংগী থৌরম তৌবা য়াদবা ওইসন্থ মসিদা তৌরবদি শেংন থাইনবা অচাকপা মৈচাক ফংবা খোইরেল হৌবা হকচাং নোংফান্নবা ওইরসনো হায়না খ্বাই নুংচেং পীবানা কংলা মপুংয়াইদা। অন্তিয়া নিংনা সুমিৎনি নামুং থবাননি। থবানদা ইপানি, সুমিৎনা ইমানি, সুমিৎ মাদি তানিংবা তাসনো থবান অনি অসিদি নামুংএ য়াদেএ। রাংলেন্দী ইন্নুংয়াই মতুং ১০ চৎপদগা ৩০ চৎপা খুমন ইবুধং লোইরা ফাওবা নামুংএ। অফ-সুংঙাই তানখৎকনো লাই নিংথৌনা খুরিং লোংদনা লৈজৌও॥

ফাইরেন — ফাইরেল থাদি ১১নি, ২৯নি পানবা থবান অনি অসে নামুংবনে। থা অসিদা অসিবনা ইনাওগী মীচং চংবদি খোইমুন লাই ওইরে মতিক ওকপা চৈরাক পীগে লাইরেম্বী ওইরে তালোই ওইগে হায়তোকখিবনা মপুগী থৌজান্দগী মমা লৈমরেল ওইরম্নবদা ইকাইখিবনা মালেমবু মহি চেলহল্লে। মৈ ঈশিং সুংশিং তোঙান তোঙান থাই দাকলে। মপুদি মনিং তম্না তাংবনদা ওইনা ফমলে। পাখংবনা অমুক হন্না ময়াম্বনা থুগাইরম্বা পুন্নমক হঞ্জন্দুনা শেমলে। লৈমরেনগা তাইবং মপুগা মপারী অশিবরু থিরক্লে। লাইনিংথৌ অসিবদি চেনখিত্নুনা তিংখং অমনা পল্লে ইমানা ফারে খনখরে। মরম অসিনা তিংখং পানবা লৈ কংহৈদে। হৈরক্তা চংলে হৈগী তিংখংনা পল্লে পনখিবা কিহোমবু কংহৈদে। অশোংবদা চংলে কোনম্রেক তোকনিংখোক মনম নমলে হায়রিবা মরোই অনি অসি কংহৈদে। লাইজদা কুমলে পোক লাওরে। পালেম ইমানা ফারে কিখিবনা থম্বৌ কংহৈদে। তমুফ চেল্লকপা থাংজিং পাম্বী উবদা ইমানা থংলে খন্দুনা তুংওইন্না অমুক চেল্লে থাংজিং কংহৈদে। অমুক চেনখিবদা থরো ময়াম হৌবা মরক্তা চেল্লুরে। থরোনা পুন্দুনা তুরে। থরো লেমফু কংহৈদে। অমুন্না মালেমদা চেনবা লাইনিংথৌবু মপু অমদি ইমা লৈমরেন্না থক্তা কোইনা পাইরে লমলেন রাংকোই কৌখরে। সনামহিবু উনখিয়ে। মপারীবু পুতুনা নাওথেমএ। ইচানা

হায়বা কাইদনবা লৈমরেন শিদবী নহাক্তগী শকফম হোংদবা চপ মান্নবা অমা পুথোকউ। লাইবক্কী পুমলৈ, থবাক্কী ময়ি, থুয়াগী থম্বাল মফম অহুম অসি খেংনহল্লো হায়বদগী ইমানা মুর্ত্তি ১ পুথোকখিয়ে। পুথোকখিবা মমৌ ওইগদবা লৈমরেলবু মালেমগী মশক ওইবা কুলুক লৈমরেল থোল্লগে। মসি পুন্থনা মালেম কুমহুনা তাইবং ভাকও হায়খি। মসি পুথোকখিবা থবান অসে ফাইরেল ২২নি পানবনে। মখোয় অনিনা চায়োন অমা চুপ্পা মপু অমদি ইমা লৈমরেলবু থৌগল লাংও। মপুনা হায়খিয়ে। ঐগী ইমৌ পুথোকপা থবাননে। নখোয় অনিনা ঐগী থৌগন লাংবা অরোইবা থবাননে অনি অসিতা নখোয়বু নিংজবা তাইবংদো মীথোই মীহেন, পুন্সি মুংশাংবা ফমনাই তুনাইবা মচা পোকপা, মঙান লৈনা তুবা তাইবং ওইরসনো নামুংনা খোইয়ুম পৰৈ চংনরসনো হায়খিএ। হায়খিবা রা অসিদি পাখংবনা লাই মী পুম্বদা তাকখি। মমৈদা অপোইনানা মচানা খাগেম্বদা তাকখিয়ে। রাংগোইদা শংলেন শাগে নিংখিয়ে। সনামহি লাংকে থৌরাংখিয়ে। রাংলেন্দী ইন্নুংয়াই ১৭ হেক চংপগা নামুংখরে। অহুনা রাংলেন ২৮ ফাওবা নামুংএ। অতৈ মরক রাংলেন ৪দি নামুংদে। অসিদা থৌরম থৌকাইবদি অতোপ্পা লাইদা হৈরাং লৈরাংজরবদি মৈ মুংশিববু ফংএ। শোন্দম নাদমএ পুন্সি ভেনগনলে খংও ॥

লমদা— লমদা থাদি ২নি, ৪ নি পানবা অনিসে নামুংবা থবাননে। লমদা কৌবা থাদি লৈকুম থান। কৌক্রনা কংলাদা লাক্কুনা পাখংববু নিংএ। হে পাখংবাপ ঙলবা নহাক্কা থাদোক্কুনা কোরৌথক্তা কাখিবনা মপু থৌজান নিরুবনা লাই ঐখোয়দি পানবা ভন্দরে মগোই মচোইরে হায়হুনা নিংজিঙৈদা থাংচিংসু য়াওররে। রাংবরেলসু য়াওররে। মারচিংসু য়াওররে। পাখংবনা থক্তগী ঐ কুমলক্লগনি তাকপীরে। অহু নোংগী লৈকুম থা লমদা কৌএ। অম্ভুমা চারা শিংনা ২নি পানবদগী ৪নি পানবা ফাওবা ফাওবা পাখংবা নিএ। মরম অসিদগী পাখংববু নীংজবা

হৈ লৈ কংপা মশা নামুংনা নিংজবা চারা শিংপা তৌজরবদি তাইবং অদো মপাঙ্গল শরেপ ফাইএ। অনিংবা পাংথোকপা ডমএ। মচৈ মশিং মাই পাকএ। অথং-অহৈ ওইজৈএ। মাবু উবদা মীনা মরাই লুকএ। মতিক্কী থাঙমলোইয়ে। অসিগুম্বা মতিকপু চিংঙু লাই ৫ না পীএ। অসিদা অথোই নাপন্নরবদি অশৈ নুংফাংএ মাখোল শিএ। মরু খংকোন নংএ—হকচাং ফিভম চাদে। লৈফু নামুংবা ফংএ- তৌরব্বা খুদিং কনাদবা ওইয়ে। লৈফু কৌবদি নুংগী থবক খুদিংনে। কোক লোকচা ফংএ লোকী লৈনা ফংএ। অম্মুম্না অরা-নহৈনৈয়ে ফত্তবা খিবীক অসিনা পাখংবনা পীয়ে। রাংলেন্দী নোংয়াই মতুং ৭ হেক চৎপগা নামুংএ। ২৪ ফাওবা নামুংএ। মতম মনুং অসে পাখংবা নিংজগদবনে নামুং নামুংনে। মসি খংনা লুনা তৌও॥

## থা-থাগী পক্লবা নুমিৎকী পরম

**শজিবু**— শজিবু থাগী পক্লবা নুমিৎতী ইরাইনে। ডসি নোং কৌবা ইনুংমিংনা তাইবং মনুংপোংদা চাবসে কুমডন কুমচং ৬ নে। মসিগ্ পলেম ওইবী চয়োন্দা লৌরগা ইরাইনে লৌনবনে। নোংমগী মবুকতম্মু পলেম চায়োন ৭না কুয়োম ওইনা তাইবংনা হিবনা, অদুগুম্বা হিনবগী মচাক ওইবা চয়োনগী মনুংদমু কুমগী খোংচৎ লৈবনা মহৎবু লাইবুংথো খোংচৎনা য়োম্বনা অদুগুম্বা ইনুংমিং অংনা চাবা অরোইবা য়াইফ মঙান ফংবা অরোইবা চতিগী চয়োন্দা লৌরক্নদি ইরাই নুমিং ওইবনা থোরম থৌডনএ। খেকরাইএ।

**কালেন**— কালেন থাদি নিংথৌকাবা পক্লবা নুমিৎনে। হৈয়েং হায়বগী মরমদি হয়েং হায়রিবা চয়োন পলেম শক্তম অসিনা তাইবং হক্ত অচিক অশা পাংথক মান্নবনু পীবনা হয়েংপু য়াইফ কোরৌনে লৌজবনে। নুংগী খুহোত্তী অম্মুম্না পুথোকই। পুপাশিংনা পুথোক্লম্বা মঙদি হয়েংনা

তাইবং খোংচংতা চাবসে। খোংচং ১৬ নে। মসিবু চয়োন পলেন্না ৭না য়েনথোকচবদা ২ থুংই, ২ লেমই। মসিগী পাম্বৈনা ২ য়েৎপু কালেনগী য়াইফ নুমিৎনি লৌনরম্বনা হৌজিক ফাওবদা চংনরী। নুমিৎ অসিদি অফবা থবক তৌবা অফবা পীনৈয়ে।

**ইঙা**— ইঙা থাদি য়ুমশাকৈশা নুমিৎনে। মসিনা তাইবং কুমচংতা চাবসে কুমচং ১৮ নে। মসি পলেম চয়োন ৭ না য়েনবা তারবদি ২ থুংই ৪ লেমই। লেমহৌরিবা ৪ বু কোরৌ পলেমদা খিজবা তারবদি মসিং কোরৌ তাবনা মসিবু য়াইফ থোকা ওইনা লৌনরমই। তাইবং থক্তা লৈরগা মশিং কৌবা মালংনা নুংদা শিংচিল্লী। হকপু পাংদিং মাম্নহল্লী মরম অসিদগী নংস্থু পানস্থু অযবা ওইয়ে।

**ইঙেন**— ইঙেন থাদি লৈবাকপোকপনে। কোরৌ নুংগী মিংথৈবু হকচিং কৌই। খুংহোংনা হকচিংনা তাইবং কুমচংতা চাবসে কুমচং ১০ নে। মসিবু পলেম চয়োন ৭ না য়েনবদা ১/১ থুংই ৩ লেমই। কোরৌ মাবু খিজবা অরেম্বা মশিংগা চান্নরবদি হকচিং তাবনা য়াইফ নুমিৎ ওইনা লৌবীরম্মে। পালগী থৌপুম্বা কৈএ।

**থরান** - থরান থাদি ইরাই নুমিৎনে। কোরৌগী মিংথৈদী হৈয়েং কৌএ। খুংহোংতি থরানগী থাজৎ ৫ শুবনে। তাইনবদি থরান থাপীনে। মসিবু তিঞ্জরবদি ৬ শুরে। মসিবু নুংদা মঙাল চাইকংলে। মরম অসিদগী ৬ শুবা ইরাই নুমিংপু লৌবীরম্বনে।

**লাংবন**— লাংবন থাদি নিংথৌকাবনে। লাংবনদি কনাগী মতেং তৌদনা লাংঙা থা অরাবা ওইবনা থাবী মানা খোংফম অনিরক থাংএ। নুংদা পান্দা চান্না লালনৈএ। খোংফম অনি থাংবা থরা থাবা ওইবনা কোরৌ অনিবু খোংথাং তানীদা লৌরগা ৪ থাপা লাপথোকই। খোংথাং

২ গা ৪ গা তিল্লগা ৬ থোক্লে। অতুনা মসিদা হকচিংপু অফবা ওইনা লৌবীরম্মে।

**মেরা** — মেরা থাদি য়ুনশাকৈশানে। মসিবু লৌরুবগী খুংহোংতি মেরা থাগী মনুংদা লোইয়ালাকপা লাইবুং থৌনা ইন্নুংমিংগী খোংথাং ৪ চংথোকএ। ৪ বু কোরৌদা থিরগা য়ুমশাকৈশা ওইনা লৌবিরম্মে।

**হিয়াঙ্গৈ**— হিয়াঙ্গৈ থাদি লৈবাকপোকপা পক্ক নুমিংনে। খুংহোংগী লাইবুং কুমচংতা কুমচং ৮ চাইএ। থা অসিদা শজিক্না খোংফম ৫ ইন্নুংমিংতগী লাপথোকই। ৮ চাবা কুমচংতগী খোংফম ৫ থাইরগা ৩ ৩ লেমলে। মরম অসিনা লৈবাকপোকপবু লৌবিরমএ।

**পোইন্নু**— পোইন্নু থাদি ইরাই নুমিংনে। পোইন্নু ৬নি পানবদা কৌ-বরেল লাইবুংথৌনা ইন্নুংমিত্তা চংশিনবা হোই। মসিবু পলেমদা থিরগা কোরৌ নুমিং অসিবু লৌবিরমএ।

**রাকচিং**— রাকচীং থাদি নিংথৌকাবনে। রাকচীংগী ২নি পানবদা লাইবুংথৌ থাংজিংগী খোংচং অমা লোইএ। মনিগী থবানবু কৌরুগী খোংচং ৫ থাইরগা ১ লেমলে। মরম অসিনা নুমিংসিবু লৌবীরমএ।

**ফাইরেল** — ফাইরেল থাদি য়ুমশাকৈশা নুমিংনে। ফাইরেল থাদা কৌবরেল লাইবুংথৌনা খোংফম ৩ থাংএ। চহি কয়া চংলুরবসু থাক কয়া চংলুরবসু ফাইরেল থাদদা খোংচং ৩ বু লোইরগা রাইথুনা ৪ শুবা খোংচং হৌই। লাইবুংথৌ খোংচং ৪ বু কোরৌ পলেমদা লৌজবদনি। মসিগী খোংচংতবু থংলবা থেংগ্রানা অথুম্বা মতমবু য়েংলগা কোম্নুংগী শঙ্গাই উরেপ উহন তম্নবা থবান পীবনে। লোইশঙ লোইগী অথং অহৈনা পুংফম শোইনা উরেপ উহন তম্বদগী সনাগী থম্বাল শাংখিদবনে। থেংগ্রাগী রাবু তাহৌবা মীরোনবা জাতী অমনা পুংফম শেনফম কাইদনা

লক্ ১ থাবদই সনাগী থরো য়ানখিবনে। নিংথৌদা সনাগী থরো কংচরবদা হারম পুন্নমক হঙ্গংলবদা খেংথ্রাবু নিরকপদা ইকাইবদগী খেং-গ্রাদি মরোমদোম লাংগন অনৌদমক থুপখিবনে।

**লমদা—** লমদা থাদি লৈবাকপোকপা নুমিংনি। লাইবুংথৌ থাজ পাখংবনা ইন্নুংনিংপু কোইজবদা লমদা থাদা ইবুংমিং মকোই থুংবা ওন্মো। থাজ মানা লৈবাকপোকপবু চাইও। মরম অসিদগী থৌরম থৌকাবা ফবর লৈবাকপোকপনে চংনরক্লে।

N.B. নোংমাই নিংথৌগী লৈবাক্তা য়ুমশা শাগোল লৈবনে মমিংদি অরাই থাংজ কৌবনে। নোংমাইচিং নিংথৌকাবা লৈবাকপোকপা, য়ুম-শাকৈশা শাগোলসেন ইরাই থাংজবু মথংশিংনা ঙসি হায়ং হংচিং মশেম মশেম মরৌ মশিং মকাপ কৌও। থা ১২গী পরুবা নুমিংগী নিংথৌকাবা, লৈবাকপোকপা, ইরাইতনে॥

## তংনবগী পরম হায়গে॥

করিগী তংনবা, নুমিংতৃদা থৌরম থৌকাবা য়াদবা লমফৈ ইফে চংপা, পোং চৈ পাথোক পীশিন শৌবা ফাত্তে হায়রসে নুংগী পরম করিনো হায়গে। তংনবা মরম অনিনে। ১॥ পলেম ওইবী নুমিংকী তংনবা অমনি ১॥ পম্বৌ ওইবা থাজগী থবান্দা তংনবা অমনে। অতুব মফমদি খেংনৈয়ে। মতুদি পলেম ওইবী কোরৌ নুমিংনা থাজ ওইবা মাগী মচা ওইনা হিংলীবা তাইবং পুম্বগা তংনবনি অতুগা অমরোমদা পলেম ওইবী মহাক্না পম্বৌ কাদা তংনবদি থৌরম থৌকাবা য়াই। **তগুইফড্রবস্থ** চংথোক চংশিন গৈদোক থৈজিন য়াইও।

তংনবা কদাই: কৌবগে হায়রবদা ঙসিনোং তয়েং নোং থা অসিদা

পলেম মুমিং ওইবীনা ঙসি নোং কৌনা পাও তাকএ। হয়েং নোংনা পাওজেল্লে। ঙসি নোংনা য়াইবীগী মশক ওইরবা হক্কী নুংদবু খোল্লীবা মুমিং মহাক্কী মঙান মৈশাবু খোংচৎ অমা হৌঙম নেমথৈয়ে। তাইবং পোংয়ুমবু পুবিরিবা খোইয়ুম লাইনিংথৌগী হিরী-হিন্নুংঙে মরম অসিবু লৈবনা পোৎমাং চৈমাং ফংগন্দে তুংইন্নগল্লী। মৈশা হৌনা নেমথবনা থৌরম থোকাবা পাংদে মফম লেংবীগনু অরাপ্পা চৎনা য়ারেক্লুগনো। হক্কী মৈশানা নেমথৈ পানগী মৈশানা কংখৎলি। হায়রিবা মৈশা অনিগী মরক মরক শম্নদবা নাইএ। মসিগীদমক থৌরম ফৌকাবা পাংদে হায়না মতিক ৱাংলবা পা-পুশিংনা হায়বীরম্মে। নুংগী মৈশাগা পানগী মৈশাগা মরক মরক শম্নদবা ওই হায়বগী তৎনবা কৌএ। মসিদি তৎন থানবা য়াদ্রবা থৈদোক থৈজিন তৌরবসু মাংজবা ফংলবা অরুপনে। মসিগী মচা খাইবা মরমদি খাজ মহাক্কী মঙান্না হক্কী কুচু কুমেনবু ওইরিবনে কুপ্পা চেকশিন্না য়েংজরবদি তৎনবা থবান অতুদা কুচু মকশিনবা, কনাগীনা লংখৎপা- কনাগীনো পুক্রিং শাওগৎপা, কনাগীনা শকফম ওনবা অসিবু কয়াৎনুংগী পরম কোই। তৎনবা থবান অসিদা নুংগী মৈশাগা মৈঙানগা মতম ৩/৩ দা চান্নদবা ওইয়ে। পানগী মঙান ওইরিবা কোরৌ মানা মফম লেংবা হৌই। নুংগী মৈশাগা লৈথোকনৈ। শম্নদবনা মসিবু থবানগী তৎনবা কৌএ। শম্নদবা ৱাংলেন্দ্রী নোংয়াই মতুং ১২ চৎপগা ১৫ ফাওবা শম্নদে। ২২ দগী ২৮ ফাওবা শম্নদে। অহাংবদা শম্নদবনা থৌরম থোকাবা য়াইয়ে।

## থা থাগী তৎনবা থবান ঃ —

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| শজিবু | থাদি | নোংমা পানবা, | ২ নি | পানবা | তংনৈ। |
| কালেন | ,, | ৪ নি পানবা, | ৬ নি | ,, | ,, |
| ইঙা | ,, | ২ ,, ,, | ৪ ,, | ,, | ,, |
| ইঙেল | ,, | ৫ ,, ,, | ৭ ,, | ,, | ,, |
| থৱান | ,, | ১ ,, ,, | ২ ,, | ,, | ,, |

| লাংবন | থাদি | ৪ নি | | পানব | ৬ নি | পানবা | তংনৈ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| মেরা | ,, | ১১ | ,, | | | | ,, |
| হিয়াঙ্গৈ | ,, | ৫ | | | | | ,, |
| পোইন্নু | ,, | ১ | ,, | ,, | ১ ,, | ,, | ,, |
| য়াকচীং | ,, | ৪ | ,, | ,, | ৬ ,, | ,, | ,, |
| ফাইরেন | ,, | ৭ | ,, | ,, | | | ,, |
| লমদা | ,, | ৮ | ,, | ,, | | | ,, |

## থাদা নুমিৎনা তৎনবা লকই।

শজিবু —লৈবাকপোকপা —থবান ১৪।১৫।২০।২১।২৭
কালেন—শাগোলসেন থবান ১ । ৭ । ৮ । ৯ । ২০
ইঙা — য়ুমশাকৈশা — ,, ৪ । ১৫ । ১৬
ইঙেন — ইরাই — ,, ৪ । ১৮ । ১৯ । ২৫ । ২৬ । ২৭
থবান—লৈবাকপোকপা ,, ৮ । ৯ । ২০ । ২২
লাংবন—শাগোলসেন ,, ২৮ । ২৯ । ৩০
মেরা য়ুমশাকৈশা — ,, ২ । ৪ । ৫ । ২২
হিয়াঙ্গৈ ইরাই ,, ৮ । ৯ । ১৯ । ২০
পোইন্নু — লৈবাকপোকপা ,, ১ । ৩ । ৪ । ১৫ । ১৬ । ১৭ । ১৯
য়াকচীং শগোলশেন ,, ২ । ৫ । ১২ । ২৫
ফাইরেল — য়ুমশাকৈশা ,, ১৪ । ১৫ । ১৮ । ২৯
লমদা ইরাই ,, ১৫ । ১৯ । ২৭ । ৩০

লকই নুমিৎতা য়ুম অতুগী মীশি মিনা থোক্লবদি, অমনা লান্না থোরম তারবদি থোরম মমাংদা থোনিগী ওইবা থোরম অমা তৌগদবা মখৌ মঙম পাংথোকচগদবা ওই। তৌগদবা থোরমদি চুক থোনিরোননে। কৌব্রু.. থাংজিং, য়াংবারেল. মারচিং লাই ৪ দা ঠিরাং ৪ দা থম্লগা

হৈখেল লৈংখল্লগা ময়াইদা "মপু" থমহুনা থৌনিগদবা ওই। তৌহৌদ্রবদি মতুংদসু অরা অনা নংই। মীশি মিনা তুংইল্লী হায়না ইরমই। লকলি হায়বা রাহৈ অসি পু পাশিংনা অসুন্না শিজিন্নরম্মী মতুদি মহাক অসি হন্দক্তী লক্লীদা লৈএ। নোংদম কয়া নাদে মরাইবক ফবদগী হন্দক নাবা অসে লকলিদগী চিংলকপনি হায়বদা শিজিন্নৈ। নুমিৎ অসে য়াইবীনা লক্লীদা লৈএ। খুদমদি - থম্না থক্তা লৈবা তনিক তনিকপা পলেপফম খংদবা লাইজবু কৌএ। লকলি শিজিন্নফম অনিনে। অমনা হক্কী লক্লিনে। অমানা থা থাগী লক্লীনে। হক্কী লক্লীগী মরমদা মচা থাইরক্কে। মরু হুনবদগী ৪ শুবা ৫ গী মনুংদা তাইবং কয়াং শানবা শাগং হৌডমএ। মসিবু কোরৌদা লৌরগা শেন্দী শাবী নুমিংনে। থৌরম থৌকাবা য়াইফবা নুমিংনে। নুমিং অসিদা তাইবং শমু হকপু নুংদা পেথোকএ। মচিগী শরুক্তা লাংথোকএ। ঈবু তনিক তনিকহল্লী। মরিক খরসু অডৌবা শিংলি তোলোপ্পা ইখুন্দা ফাওএ। মসিবু শমু হক্কী লক্লী য়েন্নীং কৌএ। মসিদা পরৈচিংবা লেপ্পগী পরমসু ইড়না থম্মীরমই। থাজ ৬ তা তাইবং শকলেপ্পা শাবা লোইরে শক লেপচদা থাবা ওইরে হায়বগী কোরৌদা লৌজরগা মাগী অরোইবা খোংচং ওই-গল্লী থৌরম পুন্নমক অফবা নুমিং ওইবনে। তাইবংদা খোল্লবদা ৪ শেম শাই, ৬নি ইপান ইথাইএ হক্ত ইনিং হুল্লে। ঈনিং হুনবা নুমিংনে। নুংলোননে। পান্দী তাইবং মালেমদা ফাওবা নুমিংতগী ৫ নি শুবা নুমিৎপু নোংদম লেপ্পা ইরেপ্পা মোন্থ পোংলেপ্পা কৌএ। ৪ নি অমসুং ৬নি শুবা নুমিৎপু তাইবংহুগী থৌরম থৌ কাবা খ্বাইদগী ফবা নুমিংনে। লকই থবান, নুমিং অসিদা থবক থৌরম পাংজবদি থরাই রাগনবা নুংশা থিগনবা, শোকপা পনবা খংনা চৈনবা থোদোক রাথোক খুরৌ চেনবা থোক্কললে হাইদুনা পু-পাশিংনা পাওতাকলমই।

## নুমিং ৭ নিদা মাকোম্ম তংনবা

নোংমাইচিং নুমিত্তা ১২নি পানবা, ২৭ নি পানবা থোক্লবা।
নিংথৌকাবা ,, ১১ ,, ২৬ ,, ,,
লৈবাকপোকপা ,, ১০ ,, ২৫ ,,
যুমশাকৈশা ,, ৩ ,, ১৮ ,, ,,
শগোলসেন ,, ৬ ,, ২১ ,, ,,
ইরাই ,, ২ ,, ১৭ ,, ,,
থাংজ ,, ৭ ,, ২২ ,, থোক্লবদি নুমিং অদো তংনবা কোই। অমনা ৬ নি পানবদা মেষ রাশি ওইবা, ১৯ নি পানবদা বৃষ ওইবা ৮নি পানবদা মিথুন রাশি ওইবা, ২১নি পানবদা কর্কট রাশি ওইবা, ২৩ নি পানবদা কন্য রাশি ওইবা, ১২ নি পানবদা তুলা রাশি ওইবা, ৪নি পানবদা কুম্ভ রাশি ওইবা, ১৭ নি পানবদা মীন রাশি ওইবা থা তংনবা কৌই।

থা তংনবা, নুমিং তংনবা অসিদা লুহোংলবদি লুখা পাথ্রা ওই। যাত্রা তৌরগা থবক মঙ্গল লৈতে নাম্তোকই নম্ৰগা মীত্ৰ অশিবা নংএ। মরু মরাং হুল্লগা পুমই, পাম্বী থারগা মহৈ পানদে। লল্লোন ইতিক্লরগা শেলেপ ফাওবা মুংলি মাং তাকই। নুপী তিন্নরগা গর্ভপাদ ওই। মরম অসিনা তংনবা নুমিংতা অফবা থবক তৌরাইদবনে। ফত্তবা মাংহনবা, অপুম্বী শোরেন কাচছা থাইদোকপদি তংনবা নুমিং-থা অসিদা তৌবনা অথোইবনে।

## থবক তৌবদা অহানবা পংবা অকোনবা শিংবা

শজিবু, থরান, পোইনু—শগোলসেন নুমিংনি
কালেন, লাংবন, ৱাকচীং— নোংমাইচিং নুমিংনি।
ইঙা, মেরা, ফাইরেল -- থাংজা

ইঙেল, হিয়াঙ্গৈ, লমদা — নিংথৌকাবনে। হায়রিবা থা থাগী তুমিং অসিদা অফবা থবক তৌরবদি অহানবদা পংগনি অকোনবদা শিংগনিয়ে।

## মীরা-মীশা লাংগনবা নুমিং

শজিবু থবান পোইন্ন — থাংজনি
কালেন, লাংবন, রাকচিং লৈবাকপোকপনি
ইঙা য়ুমশাকৈশানি
ইঙেল, মেরা হিয়াঙ্গৈ, ফাইরেন লমদা - ইরাইনি।

হায়রিবা থা থাগী তুমিং অসিদা হিগাইরাক্তবা য়েথাই থিংগাইবগী থবক নত্তনা অফবা তৌজরবদি মীরা-মীশা লাংগনবা খংনা চৈনবা থোক্কলে।

## হনচক ঙাচক শাবা

শজিবু, থবান পোইন্ন — ইরাই তুমিংনে
কালেন, লাংবন, রাকচীং - নিংথৌকাবা তুমিংনে
ইঙা, মেরা, ফাইরেল - য়ুমশাকৈশা তুমিংনে
ইঙেল, হিয়াঙ্গৈ লমদা - লৈবাকপোকপা „
তুমিংসিদা থবক তৌজবদি মীনা হনচক-চাচক শাদ্না য়েথাই থিংগাইবা পীয়ে।

## থাসি মাইকৈ পরম হায়গে

থা ( ১ ) অমগী থাশি মাইকৈ অদুদা থাবুম অতুনা করন্না শিরুবা করন্না থাশি মাইকৈ ওইরুবা চংথোক চংশিন য়ারমদ্রিবা, য়ুমহোং কৈহোং য়ারমদ্রিবা, শা যন থরাই পানবা পুথোক পুশিন ঢাদ্রিবনো হায়বদো মচা থাইজরক্কে।

থাশি মাইকৈ হায়বা অসি থা মানা শিবা নত্তে। মাইকৈ অতুদা থা থোক্কবা লৈতে। করম্না ইপা ইপুনা থাশি মাইকৈনি হায়রম্নীধা , অখিংবা কয়া লৈরম্নীবা পু-পাশিং অতুনা করি খংবদগী করি উবদগী হায়রম্নীবনো মতুংগী মরম খংলবদি অথোইবা ওইহনগনি। থা শিবা হায়বদি থা মাগী মৈথাং মুংলেন শিরিবদি তাইবং থরাই পানবা অচৎপা পুম্বগী হক্কী মৈনে। তাইবং থরাই পানবশিংগী মৈথাং মুংলেনশি মাইকৈনে হায়না ইরম্মী। মাইকৈ অতুদা চৎতুনা থরাই-পানবা জিবা পুথোক পুশিন তৌবা খুদিংদা জিবশিং খুদিংগী মুংলেন হেক্ত শিবদি নত্তে। মাইকৈ অতুদা চৎপা হক্কী মুংগী মৈথাং মৈঙান অতুগা পানগী মৈথাংগা অমগা অমগা চিংনবা-থাংনবা মতম চান্নরুবা তারবদি মফম অতুদা অহিং লেক্রুবা অমসুং লৈরুবদা থৌরম থৌকাদা, শা-যন পুথোক পুশিন্দা পোৎ চৈ পীথোক-পীশিন্দা, অমাং-অতোং, অশি অনা, অরা-অনা নংই হায়বনে, মৈঙান মৈথাং মনিন অনিনা চিংনবা তারবদি থাজ মানা থোকপা অহিংগী শরুকতদা চিংনগনি। কোরৌ মানা থোক্নীডৈ মুংখিনগী মতমদদি চিংনবা ঙমদে। মসিগী মরমদি কোরৌ মানা থম্বী মৈত্রেং অরাবা ওইরগা থাদা ঙাম্বাং মৈলেং পীরগা থা মাগী মঙান ওইজবনে। মরম অসিনা কোরৌ থোক্নীডৈ চৎপা পুবা নেরা লৈতে। থা মানা থোকপা অহিংদদা মৈলিন-মৈলেন য়েংনবনে। ঙাম্বাং মৈলেন অনিবু চিংনৈএ, চিংনবা মতম পুংফম চান্নরুবা মৈঙান মৈথাং মনিল অতুগা কনাগুম্বগী হক্কী মুংগী মৈলেন মৈথাংগা চান্নরুবা তারবদি ফত্তে। মী-শা যন পুম্নমক্কী থোক্তবসু ওইথোক্তবদি নত্তে। মরম অসি লৈবনা থাশি মাইকৈদা ফত্তে খিংবনে। তুংগী চাদ-নাওদাগীদমক থম্বীরম্বনে।

তুমিংদাংদা মৈথাং মৈলেন চিংনবা ওইবনা থা মাগী কোলোই লৌতুনা থা মাবু শিবা মাইকৈনি হায়না খোইয়ুম লাইনক্কী মতিক ময়াই চেল্লবা মুংচেং পীবানা হায়বীরম্মে। চীংনবগী রায়েলন মখা তাগে।

হেক য়াচংবগা ব্রাংলেন ৪ চিংনৈএ। ব্রাংলেন ২ দি চিংনদে। অমুক অমুক ব্রাংলন ৬ চংপদগী ১০ ফাওবা চিংনৈএ। ১০ গী মতুং ব্রাংলেন ৭ চিংনদে। অতুদগী নোংঙানবা ফাওবা কন্না চিংনখরে। চিংনদবা মতমদা খক্তিক্ত মফম লেংলবদি শা মন শিরোই, য়ুমদা পুরকপদা অকাইবা লৈরোই। নমু, থব্রাই পানবসু অরা-তানা নংওই। মসি খংলবদি থাশি মাইকৈদা চংলুবা লৈরুবা শা মন পুবা লংফৈ উফৈ চংপা য়াইএ হায়না লাওথোকপীরম্মে। তাইবং মৈথাং মুংলেনশি মাইকৈ ওইবদি করম্না থা খুদিংগী হোংবনো পরম হায়গে। থা মাগী খোংচংনা অরেপ্পা লৈতনা য়ুংখংলকপসে চিংখৈদা ওইএ। ময়াইগী শরক্তা মপা চান্নরকপা অরাংদা ওইরে মখাগী থাকোক্লা য়ুংখংলকপা নুমিংকী নোংচুপ থংবদা অমুক ওইএ। অমুক লৈথরকপা ব্রাংহৌবা ময়াইগী শরক্লা নুমিংকী কৌক্র লাইচিদা চান্নরকই। মসিগী মওং মতুংইন্না পা পুশিংনা মাইকৈ থা-থা খুদিংগী খোংচংকী মতুংইন্না লেপ্লখনে। মসিবু ইরৈবাকচা মত্তনা কনা খংবা ঙমদ্রবা অসে, ইরমদমগী মতিক ময়াই ব্রাংলবা পু-পাশিংনা তুংগী চাদ নাওদাশিংবু খংন্নবা ইতুনা থম্বীরম্মী। নুংচেং পীবানা হোং-তুনা পুথোকপীরম্মী

## কোরৌ শিবা মাইকৈ

কোরৌ শিবা মাইকৈগী ব্রা-অসিদি হৌজিক্কী মতমদদি চংনদনগুম অখংবা লৈতবগুম খংলবসু খংদবগুম চংনদনা থম্বা অসিনা অরা অনা কয়া অমসু থোক্তবা নত্তে। পুয়াগী অচুম্বা ব্রারোন্দী খম্বী মৈত্রেং মৈমুংশি মাইকৈবু নুমিং শিবা মাইকৈ কৌতুনা চংথোক চংশিন থৌরম থৌকারুবা ফত্তে হায়না থিংবীবা অমসু ইতুনা থম্বীরম্মী। থাশি মাই-কৈদি থৈবা য়াই, মখং লাপথোক্লা থমজবা য়াই। হৈকং নৈকংনা থৌনিরগা থৌরম থৌকাবা য়াই। চংথোক চংশিন য়াই। কোরৌ মানা শিবা মাইকৈদি থৈদোক থৈজিন য়াদে। থৌরম থৌকারুগনো

য়াৱেক্লা লৈরুগনো হায়না লুনা হাবীরমলে। মাইকৈ অহু ওন্না উরেপ উচল য়ু খংতুনা য়ুমহৌ কৈহৌবা য়ুহোং-কৈহোংবা, য়ুম শঙকাবা নচিংবা তৌরবদি মাগী খোংচং ৭ না তাইবং চহিদা ওস্থোক্লগা চতি ৭ তা য়ুম্বু নম্রগা থৌবুহু পুন্সি চেংজেন লোমঐ খংও। শোইফদবা ৱাবু হুংচেং পীবানা হায়বীরয়ে। পোং চৈ পুথোক পুশিন, লংফৈ ইফৈ চৎপা ফত্তে। শা যন পুথোক পুশিন্দা অকাইবা লৈতে। মসিদি তাইবংদগা লৈনবা মরিনে। হুমিংপু করম্না শিরিবা মচা খাইরক্কে। শজিবু থৱান পোইন্থু থা ৩ অসিদা কোরৌ মানা খোংকাপ অমা থাংএ। মসিবু মীয়ান চাশিংনা অয়ন-গতি বিন্দ কলা, বিন্দ অয়নগতি কৌই। পা-পুশিংনা নোংপোক লাবা য়াওনবা, নোংপোকলেন্না খোংথাংবা য়াওন অমা চৎপা হৌই। অমারোমদনা লাইরেন লাবা য়াওনবা, শা হক অসিগী চি ওইতবু ফেংথরক্লে। মসিবু শন্না থন্নবা হায়হুনা শচি লাবা চিংফেএ। লাবা হায়বদি কোরৌ মাবু হায়বনে। অমোমগী শরুকপু পল্লমদে। নোং হেক ভাল্লকপা চীংখৈ ফিহুপ তল্লকপা লাইরেল লাবা মানা য়াওল্লে। শচি লাবনা চীকেংএ হায়বদি কোরৌ মাগী খোংবাম্লু থাংএ হায়ববু খংহনবদনে। তাইবং হক্কী হুংদা শা হক্কী চি ওইববু কাখংলে হুংগী খোচেং হৌরে। হুংদা খোকপা কোরৌ মাগী মৈশা হায়গংলকপা হৌরে। হৌডম মাগী য়াওন অমা হৌরে খংনবা হায়হুনা পুপাশিংনা লাবা য়াওল্লে, শচি লাবা চিংফেএ য়াওন হৌডনএ হৌগংলে চীংখৈ থৌনিজরো হুংগা পানগা য়াওন ফাওনহল্লো পুন্সি হুংশাংলগনি নাদ য়েক্লা পাল্লগনি। পুন্সি পাঙ্গল নিজরো নতিক নরাই হেল্লগনি কোরৌ মাগী মশেক্লা পানবগুম্না পাল্লগনি। পন্থৌ মশক লেপচহৌরো খামুথত। মাংদা খোচং ফংলগনি হায়হুনা চৌদোক্লরম্মী অহল লমন খুদিংনা মচা মসু শিংবু তেক্ত কাইদনা কোল্লমীনরম্মী। অমুম্না কালেন, লাংবন, ৱাকচাং মথা মাইকৈদা হুমিং মানা শিএ। ইঙা মেরা, ফাইরেন নোংচুপ মাইকৈদা শিএ। ইঙেন, হিয়াঙ্গৈ লমদা অৱাং মাইকৈদা শিএ। অমুম্না মরম অসি লৈবনা পন্থৌ মশক লেপকদবা হুংগী মৈমুংশি মতম

য়ুমফম অহুমবু য়াইবী খোংচৎ খংবা হনবা-লাকপা লেপচনা ঙম্বা মহাকতো মীথোই মীহেনবা শোইদ্রবনে খংও।

## ঈ-খুদেং লাইখুদেং লৈবগী মরম ছায়াগ

ঈ খুদেং লাইখুদেং লৈবা হায়বসে থা খুদিংগী থবান চপা মাগ্লৈএ। ৪নি, ৬নি পানবা অশিবনা তাইবং শেমৈদো তাইবং অহুগী য়াইবীনা মপুনা হাপ্নীরবদা অশিবনা শন্দমহি ইরেন পুথোক্লুনা মপুনা য়াইবী হাপ্নীবা শমু হক অহুদা থাজিল্লী। মতম অদো ৪/৬ পানবা ওইখি। থাজিনবদা অরেম্বা খর মালেমদা তাখি। মালেমবু খুতেং কৌই। মরম অসি লৈবনা ৪ নি ৬নি অসে ঈ খুদেং লৈবা থবানদে হায়না ইরম্মী।

৭ নি ৮ নি ঈ খুদেং লাই খুদেং, লৈবগী মরমদি অতিয়া শিদবনা অশিবদা ইয়াম্বগী মিংতা তাবা ইমিবু য়েংহুনা শাও হায়খিয়ে। তারিবা মমিদি অশিবগীনে। ময়াম্বুং য়াখং মতুংইন্না মালেম্না মেংহুনা শাইএ। শারিবা শক্তম অহুবু পোংনাওতোন থৈথরক্লুনা পোইনাওতোন কৌথরে। নংদি তাইবংগী ফত্ত হাওদিবু পুও নংগী থরাই হাপ্লগে হায়হুনা হাপ্নীথরে। ঈগী শরুক্তী অশিবদা শিন্নরে। অসিবনা পোইনাওতোন্দা শন্দমহি ইরম পীরে। ময়াদা হৈজিনখিবা ওইবনা মালেমদা তারে। মসিবু ঈ-খুদেং লৈ হায়না খংনখরে।

৯ নি, ১০ নি, ১৪ নিদা ঈ খুদেং লাইখুদেং লৈবগী মরমদি পাখংবনা মচা ৭ পুথোক্লুনা য়েক্কী পুখাককোক শেমদৈদো মখোয়বু পুথোকপগী ঈ লেমহৌবা থাকহৌবা অহুনা মালেমদা তারে। ঈ খুদেং লৈবা, থরনা লাই ওইবা মানা থক্কী কোরৌবুম্ব খুদেং কৌএ। ইরেমথাক অহু পুখংলে লাই খুদেং কৌখরে। হায়রিবা থবামশিং মসিদা অপোকপা খুরুম্বা, লাইগী হরাওবা হৌবা লাইরোন তানবা য়াদে। মীশি মীনা

নংএ। ফত্তবা খিবিক্লা তিল্লে। থাদোক্কদবা মরন য়েংনা তৌও।

১৫নি, ১৬, নি, ১৭ পানবদা ঈ খুদেং লৈবগী মরমদি নোংপোক নিংথৌনা শাণ্ডাই লাবা শাইওন্দুনা ইয়ুম কেগেদা চৎলে। অসিগুম্বা খোংচংপু ইমা পান্থোইবীনা খংলহুনা শজি অমোম ওন্দূনা থিরে। নোংমগী নুমিৎতা থেংনরে। মখোয় অনি মিংচান্নখরে। অনিনা মীংয়েংন হুনা শচি ঙাকলৌ ফিরাল য়াল্লে। পোকলকপদি নমু তাইবং ওইনা কোকএ। ইফম ইতাইএ হায়বগী ঈ খুদেং লৈ হায়না পুপাশিংনা হায়বীরম্মী। খরা লেমহৌবনা লেম্না মাংবা য়াদে হায়হুনা নোংপোক নিংথৌনা থক্ত লংখংলে লাই খুদেং ওইখরে। মসিদা নাপন্নহুনা থৌরম থৌকারবদি মচা মস্থু শিবা লাংহৈ ১০ দা তৌবা মপুশিবা থৌরম মাংবা ওইয়ু হায়না নোংপোক নিংথৌনা লাওথোকপীরম্মী। ঙুংচং পীবানা মীয়ামদা থংহল্লম্মী।

১৮নি, ১৯নি, ২০নি পানবদা ঈ খুদেং লৈবগী মরমদি অতৈঙে অতিয়া শিদবগী মনোম নোংপোক লৈমানা মশাবীবু ঙাইবদা তংনা য়াললে। অতিয়ানা মশাবী থারক্কুনা নখোয় অনি নরান লৈরে পারী অমা ফংলে পারীহু হেক ফংবদা পন্থৌ ওইরীবা নহাক্লা নোঙ্গাহুনা লাইরক্তা তিল্লে। ইমোম নহাক্লা নপারী নাওকোল্লো লাংহৈ ৫ শুবদা পাখং শারেপ ফাসনো নহাক্কী নকাদা ইমা ইমোইন্নু চংসনা মাগী কুম্মে তৌসনো ইচাগী পোকপদা তাখিবা ঈনা মালেমদা চিংথহৌবনা ঈ-খুদেং ওইসনো। এনা কোরৌদা লংখংপনা লাই খুদেং ওইসনো হায়না লাওথোক্কুনা তাইবং লাই পুম্বগী থৌরমবু য়াদবা খংহনবীখরে। মসিবু মঙাং লাই লাইনিংবনা লুরাং লৈকোইবদা তাত্তুনা মীয়ামদা লাওথোক্লমই। মসিদি তৌহৈদে তৌগনো।

## নুমিৎকা থৱাইমিচাক্কা য়েক্নবা হায়গে

নক্ষত্র ( থৱাইমিচাক ) মশিং ৯০/১১ নোংমাইচিংগা য়েককৈএ। হায়রিবা থৱাইমিচাক অনি অসি ইনুংমিৎ লাইবুংথৌগা নক্কে। অমুন চংলকপা লোককোন ১২ দা মতুং ইল্লকপদা লৈইনা চংলকপদা লোককোন মপা অমা য়ৌবদা কোরৌ নোংমাইচিং হেক হেক ভাগনি। থৱান-মিচাক্কী চোংথোক চোংশিন হৌবা নুমিৎনি। মাখোয়গী মঙান অদো নুমিৎকা মাইয়োক্লবনা মখোয়গী মঙান অদু নুমিৎনা চিংশিল্ল। মঙাল মঙাল য়েকনম নমএ। মসি লৈবদগী নুমিৎ অসিগা থৱানমিচাক্কা য়েক্কৈএ হায়না হয়া চক্রগী চংনরক্লে। লাই মী পুম্বনা য়ানখরে। রাংলেন্দা মখা তাগে থৱাইমিচাকশিং অসিনা ময়াই চল্লকপা খোংথাং অনী ইনুংয়াইদগী রাংলেন ১৪ মিকুপ লানবদগী য়েক্লরে ২২ ফাওবা য়েক্কৈএ। ১৩ দগী ২৭ ফাওবা য়েক্লদে। অমুক অমুক লাপথোকখৈএ। ২৮ দগী ইনুংয়াই ফাওবা য়েক্লখরে। নক্ষত্র ৮।৯- নিংথৌকাবগা য়েক্কৈএ। হায়রিবা নক্ষএ অনি অসিনা লাইবুংথৌ থাজগা নকশিন্না লৈবসে নিংথৌকাবা হেক হেক তাই। অমুম্না থাগা থৱানমিচাক্কা নকশিন্নবা অংসে তাইবং থৌরম তৌনদে। লাইগী মতিকম্ম কাংথোক্লদে পরম অসিদা লৈবাক অসিদা লিরবা চংবীনি। থারম মনিংলম অরাংলম মমাংলম হায়রিবা মাইকৈ ৪ সিদা নকশিন্নৈএ। ঐখোয়গী অফবা মঙান তুবীবা কুচু কুমেন পীরীবা ময়াই মঙান ওইবিরিবা থাজ লাইবুংথৌগা হায়রিবা থৱাইমিচাক অনি অসিগা নকশিন্নবা ওইবনা তাইবং কোরৌদা লৌবগা নিংথৌকাবা তাবনা থৱানমিচাক অসিগা য়েক্কৈএ হায়নরক্লে। থৌরম তৌবদি মাংক্কৈএ। মহৈ ফংদে। য়েক্লবা চাওখংলে। য়েক্লবনা থরুম তৌএ। মীনা নুংশিদনা লুমএ মাংহল তাকহনিংএ তৌরুবগী কান্নদে। রাংলেন্দী ইনুংয়াইদগী ৭ হেক চংপা মিকুপ ১ হেনবা য়েক্লরে। নুংথিনগী মতম রাংলেন ২৪ চংপা ফাওবা য়েক্কৈ। নুমিৎদাং রাংলেন ২৬ তগী মিকুপ হেনবদগী ৩১ ইনুংয়াই ফাওবা য়েক্কৈএ॥

নক্ষত্র ৭।১২ লৈবাকপোকপগা য়েক্কৈ। লাইবুংথৌ মাগী লাংতৈ (১) কোরৌ ২২৮ অসি লৈরকপদা লৈবাকপোকপগী লাইবুংথৌ মচাশিং অহুগা নক্ষত্র ২ সিগা অম্বুক্কী মতিক নক্কনা চংলি। মখোয়গী মঙান মরক মরক য়েপশিল্লে তগুপ তরংলে মসিনা কোরৌ নুমিংতা লৌরগা লৈবাকপোকপা তাবনা নুমিং অসিগা থরানমিচাক্কা য়েক্কৈ হায়না লিরবা মতম হয়িচক্কী লাই মী পুম্বনা থোরম থোপান্নরক্তে। হৌজিক ফাওবা চংনরিয়ে। রাংলেন্দী ইনুংয়াই মতুং ৮ হেক চংপদগী ২০ ফাওবা অসি য়েক্কৈএ। ২০ মিকুপ হেনবদগী ২৫ ফাওবা য়েক্কদে মসিদি চীংঙু কৌরুগী থৌজান্না কুবীএ। অদু রাংমা লানবদগী ইনুংয়াই ফাওবা য়েক্কথরে।

নক্ষত্র ৬।৯৬ — অনি অসে য়ুমশাকৈশা নুমিংকা য়েক্কৈ। য়ুমশাকৈশা নুমিংনা থক্কা লাইবুংথৌ ওইরবদি কৌবরেল লাইবুংথৌ কৌএ। অসিগুম্বা থরাইমিচাক (নক্ষত্র) অনি অসিনা চোংথোক চোংশিন তৌরকপদা মখোয়গী মঙান মাংই। চোংথোক-চোংশিনগী মরমদি লোককোন (রাশি) অমদা চংলকপদা খোংচৎ কাইদে অনি হুংবফাওবা চাংচং কাইদে। লেমহৌরিবা অহুম অহুগী খোংচৎপু চোংথোক চোংশিন কৌএ। অম্বুম্না নক্ষত্র অনি অসিনা লোককোল অমদগী লোককোন অমদা চোংবদা য়ুমশাকৈশা কৌবরেল লাইবুংথৌগী মপাদা হেক হেক তাই চোংবা হৌই। মসিগী চোংবদা লাইবুংথৌগী মঙালগা থরানমিচাক্কী মঙালগা য়েক্কখিবনা মরক মরক থরানমিচাক্কী মঙান মাংই। তগুপ তগুপ উইএ। মরম অসিদগী পুম্পা অরিবশিংনা কোরৌ নুমিং য়ুমশাকৈশাগা থরানমিচাক অসিগা য়েক্কবনা থোরম থোপান্নরক্তে। রাংলেন্দী ইনুংয়াই মতুং ১০ মপুং ফাহুনা মীকুপ ১ হেনবদা য়েক্কবা ওইরে অহুনা রাংলেন ২১ ফাওবা য়েক্কৈ। ২১ মিকুপ হেনবদগী ২৭ ফাওবা য়েক্কদে। অতিয়া শিদবনা কুপিহুনা অফবা মশেন ওইহল্লী। ২৮ দগী ৩২ ইনুংয়াই ফাওবা য়েক্কথরে। কলিযুগ (কোন্নচক্) অসিদদি মীওইবগী অফবা ফত্তবা বিচার অসে নক্ষত্র (থরাইমিচাক্কা) ওইনা নুমিংকা নক্ষত্রগা য়েক্কবা

অসিসু অরুবনে। মসিগী কাংলোন্দী খোরিরোন শুবা ( পাঙ্গি ) শিংনা কুপ্না থংগনিয়ে।

নক্ষত্র ১৭ অমসুং ১৯ অনিদি শাগোলসেন কোরৌ নুমিৎ অচংবগা য়েন্নৈএ। শগোলসেন লাইবুংথোবু মথক্তা লৈরবদি থাংজিং শাগোলবা কৌএ। হায়রিবা লাইবুংথৌ অসিনা নুমিৎপু ওই ওইননা লৈরকপদা লাইবুংথৌ অসিনা লৈবগী লোইরমদাই লাম্থোকলমদাই অসিদা থরাই-মিচাকশিং অসিগা লাইবুংথৌগী অরোইবা মঙান্দা য়েপশিল্লে মতম অদো থরানমিচাক্কী মঙান লৈতে। খুৎলাইগী মতেং নত্রবদি মীওইবগী মিৎনা উবা ফংদে। মঙান মতিক য়েন্নৈএ। ঐখোয়গী কোরৌ নুমিত্তা ওইরবদি লাইবুংথৌ অতুগী মমিং শাগোলসেন কৌরবনা থরানমিচাক অনি অসিনা য়েন্নৈ হায়তুনা থক খা থংবা হৌরকপা মতমদগী চৎনরক্লে। মতমদো হয়া চকনে। মতম অসিদা নুমিৎ থা-থরানমিচাক খোংচৎ থংনবা লাইদা ( তাইবং অতুনা তাইবং মপু নিংজবদগী মশাবু মশক থংবা হায়বদি তাইবংপান্দা লোইনবা শুরু ৩ লৈএ মতুবু মশক থংবা ওন্না অতুবু লাই ওইবা কৌএ। হংতুনা কন্না থিজিল্লী মতম অতুদগী লাইনা তাক্কুনা থংনরক্লবনে চংনরক্লবনে থৌরম থৌপান্নরক্তে হায়না নুংচেং পীবানা তাকপীরম্মে। রাংলেন্দী ইন্নুংয়াই মতুং ১৪ দগী মিকুপ হেনবা মতমদগী ১৫ ফাওবা য়েন্নৈএ। মতুং ইন্নুংয়াই ফাওবা য়েক্লদে থৌরম তৌবা য়াইএ অসিবনা কুবিতুনা অফবা মশেল ওইহল্লে। মতাং অসিদগী থংগদবদি শাগোলসেন কোরৌ নুমিত্তা চিংওু থাংজিংবু খৌ নিজরবদি মীথোই মীহেনবা পাঙ্গল থৌনা মতিক ময়াই মঙান পীনবী হায়বনে।

নখ্রত্র — ৪ অমসুং ১৫ ইরাই কোরৌ নুমিৎকা য়েৎনৈএ। ইরাই হায়রিবা কোরৌ নোংজা অসি তিংকম লাইকম হায়রিবা লাই অনি অসিনা অতিয়া মাবু নিংজতুনা ইরাই নুমিৎ অসিদা মতিক ফংএ।

মখোয়না অতিয়াগী খোজান্দগী নিজথি মতুদি কোরৌথক অসিদা কোই-পাই পাইবা চংচ চোংজবা ঙমহনবীবু হায়ভরবদা অদুমক ওইজরো হায়না অতিয়ানা তাকপীখি। তিংকম লাইকম অনিনা ইরাই নুমিৎ খুদিংগী থক্ত মচিল-মনাও পাইরে। ময়াম্বা তিংকম্না থরানমিচাক ৪ গী মপা য়েৌরকপদা মনাওনুপা লাইকম্না থরানমিচাক ১৫গী মপা য়েৌএ। মখোয় মচিন মনাওগা থরানমিচাক অনি অসিগা মপা চান্নবনা থরানমি-চাকশিং অসিগী মঙাল অসে মালেমদা ফাওদে। ঙাইহাক ঙাইহাক্কী ওইনা ফাওদবনে। মখোয়না লান্থোকপদা ফাওএ। মরম অসি লৈবদগী মালেমদা মঙাল য়েৌরক্কবা নুমিৎ ইরাই নুমিৎ অসিগা থরানমিচাক্কা য়েক্নবা ওইরে হায়না অতিয়ানা লাওথোকখি। হায়রিবা ৱারম অসে লাংবা চক্কী অহৌবদগী থোরক্লবনে। মতম অদুদগী হৌনা মতম অফবা থর লাই ঐথোয়গী থৌরম পুন্না নুমিৎ চুপ্পা লেপ্পদি খোইবুম খোদা কাইগনি। অতিয়া নহাক্কা কুবীও হায়খিবদগী ইন্নুংয়াই মতুং ৱাংলেন ৪ লাননদগী ১৯ ফাওবা য়েক্কৈএ। অতিয়াগী খোজান্দগী ৱাংলেন ২৭ মিকুপ হেনবদগী ৩০ ফাওবা ৱাংলেন ৩ গী মতম অসে থৌরম তৌবা য়াইএ। অতিয়ানা কুবিএ ফত্তবা মাংএ খংও। তিংকম লাইকম মচিন মনাওগী ৱারী শান্না লৈরী। মতা সিদা তেনশিল্লে। মচিন মনাওগী মতিক ময়াই অঙকপা ওইবনে। অদুনা অতিয়ানা খাংবা ঙমদনা নিরিনা বর থিথোকপনে খংও।

নক্ষত্র ১৩ অমসুং ১ অনি অসে থাংজ কোরৌগা য়েক্কৈএ। থাংজ কৌবা কোরৌ নোজা অসিদা অতুঙৈ অতিয়ানা পুথোকখিবা থাংজহনবা থাংজ লাইবুংথৌ, মীবু ফত্তবদা পীবা, লাইদা মিংয়েং চুমদবা অয়েংপা অকাইবা পীবা, মাগী মীয়ে, খেনবা লম্বী লৈত্তবা মাইয়োক্লবা কনা ঙমদবা লাইবুংথৌ অসিগা থরানমিচাক ১৩ শুবা অতানবা অসিগা থাংজ নুমিত্তা মহাক্কী নুমিৎসু ওইবাতুনা মঙাল চিংশিল্লে। মালেমদা মঙান তাদে। থরানমিচাক অনিবু য়েক্লনা খোংচৎ মিকুপ লেপহল্লে।

নক্ষত্র অনি অসিদা থাংজ কোরৌ ভারবদি থাংজহনবা খুরুন্দগী মতিক্তী থাঙমলোইএ। থরানমিচাক্কী য়েক্রবা লৈতেয়ে। অতৈ থৌরমদি য়েক্রৈএ। রাংলেন্দী ইমুংয়াই মতুং ১১ চৎপদগী ৯৯ ফাওবা অকনবা য়েক্রনে। ২০ দগী ২৭ ফাওবা য়েক্রদে। থাংজহনবা মানা অতিয়াগী থৌজান্দগী কুবীএ। পরম অসি হয়াচক্তগী লাইখুৎলোন কৌবা অতিয়ানা পুখোকপা লাই অমনা থক্কী খোংচং থিডুনা লাইয়ামদা তাকএ। য়াইথ্রায়া মীদা তাকএ। অডুনা থৌরম তৌনরক্তে। মসিদা থৌরম তৌবা তারবদি থাংজহনবা লাইবুংথৌনা অতেক-অকাই অন্না-অনা, ঙসি ওইগদবা হয়েং চোন্থবা, হয়েংগী য়ানা থা চোন্থবা, অয়েং-অবাই মশিং লাংঙমদনা পীএ। অডুনা অখঙ অহৈ খুমাবা কয়াগা তান্নডুনা মীথোই হিহেনবা ঙম্নবা হোৎনগদবনে। থরানমিচাক্কা লুমিংকা য়েৎনবগী নিতি নিয়ম কাংলোন অসে হৌডিক্কী মতমদা কয়া থৌশানরক্তরে। অডুনা নোংমা নোংমগী মঙান মৈশা য়াওদবা মীওই কয়া থোরক্রী। থরান-মিচাক্কী মঙান হায়বসিনা মীওইবনচিংবা থরাই পানবা কয়াবু হিংলিবনি। লুমিং থা থরানমিচাক্কী মঙান নত্তনা লেংলি পাল্লিবা খিবীকসে হিংঙম-লোই। অডুবু হিংলবনিনা মখোয়গী অকবা ফত্তবা খোংচং হায়বসে থঙৈশেংনা খদেবা য়াদে। অদুনসিবু মশক খংনা তাইবং শিন্থা পাংলিবা মীওইদো মীথোই হিহেনবা ওইগদবনে মীওই মরক্তা তোনবিন চানগদবনে পুক্লিং মরা তঙ্গো।

## লৈশা লৈবগী য়া হায়াগ॥

মালেম ইমাগী হোৌনবী থাগী ঋতু অসে থা থাগী ওইনা লুমিং ২৮ কাইদনা লাকই হায়না ইপা ইপু অরিবশিংনা মচা মসুগীদমক্তা তাকপীডুনা তম্বীরম্মে। শজিবুগী তিথি ২১ নি পানবা কালেনগী ১৯নি পানবা, ইঙাগী ১৭ নি, পানবা, ইঙেনগী ১৫নি পানবা থরানগী ৯৪ নি পানবা, লাংবনগী ৯১ নি পানবা, মেরাগী ৯ নি পানবা, হিয়াঙ্গৈগী ৭নি

পানবা পোইনুগী ৪ নি পানবা, ৱাকচীংগী ২ পানবা, ফাইরেনগী ২৬ নি পানবা, লমদাগী ২৪ নি পানবা অসে লৈশা লৈবা হায়না খংনৈএ। মালেম ইমাগী চহিগী ওইবা নুমিৎ ৫ নিখক নুপীগী হৌনবী ঋতু অমম্ লৈয়ে। মহুবু অমুবাচী কৌএ। নুমিৎ ৫ নি অসিদা মালেমদা পোৎ থাবা ফত্তে হায়না চৎনরক্লে। অসুম্না লৈরম্বনা হায়রিবা থা অসিগী থবান অসিদা মরু মরাং থারবদি, য়ুমগী যাত্রা হুল্লবদি, লৈবাক য়োৎলৈ কাংনা তৌরবদি তাইবং অদো ইমাগী ( দোষ ) শাপ মীচৈনা মপোকতো পাংদবা ওইয়ে। মালেম ইমাগী তম্পাক্ত ঐখোয় চাওরীবনে হিংলিবনে ইমানা য়োকপীরীবনে। ইমাবু মশক খংজবনা ঐখোয়গী য়াইফবনে। হৌরিবা উপাল-ৱাপাল নাপী শিংবী অসে ইমাগী তুহাও ঙাক্তনে কো-ৱৌনা ইপানে। অতুনা ইমা ইপা মশক খংগদবনে। থবান অসিদা লৈবাক য়োলৈ কাংতুনা মরু মরাং থাফরোই য়ুনগী যাত্র, হুনফরোইয়ে।

## তরং নুমিং

ইমা লৈমরেন শিদবীগী থোজান ময়াথংনা থা খুদিংগী নুমিং কোরৌ অমাসে অতিয়া শিদবগী পুক্লিং ৱাখল তরংদা তাওহুনা লৈতাদনা লৈয়ে। মহুবু তাইবংনা তরং চৎপা বুদ্ধি তাদবা হায়না খংনৈয়ে। শংজিবু থাদি নিংথোকাবনে। কালেন্দী লৈবাকপোকপনে। ইঙাদি শাগোলসেননে। ইঙেলদি লৈবাকপোকপনে। থৱান্দী লৈবাকপোকপনে। লাংবন্দী থাংজনে। মেরাদি শাগোলসেননে। হিয়াঙ্গৈদি ইরাইনে। পোইনুদি শগোলসেননে। ৱাকচীংদি ইরাইনে। ফাইরেন্দী য়ুমশাকৈ-শানে। লমদাদি নোংমাইচিংনে। তরং চৎলিঙৈদা থবক তৌবদি অফসা ওইদে। অশাওবনা মাং থাইয়ে। মমৈদি তরং চৎপগী মতম লোইরবদি জ্ঞান তাবা ওইবনা ফৈএ।

## মালেং নুমিৎ

ইপা ইপু অরিবশিংনা হায়নরম্মী মতুদি ''মহাক অসি রাখল তরং মালংনে'' থা খুদিংগী মালংবা নুমিৎ লৈয়ে। শজিবু, ইঙেল লৈবাকপোকপনে। কালেন, থরান য়ুমশাকৈশানে। ইঙা, মেরা, পোইন্নু ইরাইনে। হিয়াংঙ্গে, রাকচীং থাংজনে। ফাইরেল শাগোলসেননে। লাংবন, লমদা নিংথৌকাবনে। অসুম্না লৈরিবা মালং নুমিং অসিদা তৌবা থবক তৌজবদো শাওবদগী মাংবা মহৈ লৈয়ে। নুংশিংনা অতিয়াদা মফম মফম খুদিংদা কোইপাই পাইনা লৈবগুম রাখলসু নুংশিংকুম মফম মফমদা চৎতুনা লৈবনা তংতাবা ওইদবনা থবকতো মানবা ওইয়ে। অদুনা নুমিং অসিদা য়ারিবমথৈ মুক্তবা থবক থৌরম তৌরোইদবনে। য়েংনদুনা অমাং-অতা থোক্লগনি। পোৎ চৈ মাং তাক্লবগী মরম ওইগনিয়ে। অফবা নুমিং থবান য়েংদুনা অফবা থবক তৌবনা তংকাইনা চংফদনে হায়না পু পাশিংনা ইতুনা থম্বীরমলবনে খংও।

## লোইনবা নুমিৎ থা হায়গে

শজিবু, ইঙেলদি নোংমাইচিংনে। কালেন, থরান্দা নিংথৌকাবনে। ইঙা, ফাইরেন্দী লৈবাকপোকপনে। মেরা পোইন্নুদি য়ুমশাকৈশানে। হিয়াংগৈ রাকচীংদি শাগোলসেননে। লাংবন্দা ইরাইনে। লমদাদি থাংজনে অসুম্না লৈরিবা থাগা নুমিংকা চান্নবা অসে মাগী মাগী লোইনবা মশেন্নে। থা থা অসিগী লৈরীবা নুমিৎ অসিদা থবক তৌজবদি মী পুম্নমক্না পাম্নবা মীথোই মীহেনবা ওইগদবনে হায়না পু-পাশিংনা হায়বিরম্নবনে। থাগী লোইনবা অসে করন্না ওইবনো হায়রবদি নহান নোংদা লাইনিংথৌনা কোরৌথক্তগী মালেমদা শাজিবু ৩০ নি পানবা থাশিদা কুথরক্লগা মনুতাইবং মীওইবগী শম্হোং পুংমাই লেপ্তুনা পুম্নমক্কী মপুওইবা ফুদোংলবা সনাগী মচুগুম ফু-অহিংবগী মনুংদা য়াতারিবা হা

হু হৈ হে হিং হায়না কোলোইবা চোইচৌ সন্নামহিরেল অচিবা শাইওন্দুনা লৈবা হৌথিবা লমদা। নোংমা পানবসে লমদা থাংজ অহানবা ওইখিয়ে। অদুনা ওসি কাওবেদা লমদা থাংজ অহানবনু সনামহিরেল অচিবা মাগা মালেম কুমমিন্নরকপা অদুবু মখারোমদা তান্থবা শারোই খাংবগী থৌরম তৌনরিবসিনে অম্মুন্না মথং মথং লাকপা থাগী অহৌ অহৌবা নুমিৎ অসে মথক্তা পীখিরিবা নুমিৎসে তাইরয়ে। অদুনা নুমিংশিং অসিদা থবক থৌরম পাংজবা খিনীক অফবা ওইয়ে॥

## থা থাগী চৈ কাবা নুমিৎ হায়গে

শজিবু থাদা নোংমাইচিং নিংথৌকাবা, থাংজনে। কালেন থাদা লৈবাকপোকপা, য়ুমশাকৈশা, শাগোলসেননে। ইঙাথাদা ইরাই থাংজ নোংমাইচিংনে। ইঙেলগী নিংথৌকাবা, লৈবাকপোকপা, য়ুমশাকৈশানে। থবানগী শগোলসেন, ইরাই, থাংজনে। লাংবন থাদা নিংথৌকাবা, লৈবাকপোকপা, নোংমাইচিংনে। মেরাগী য়ুমশকৈশা, ইরাই, শাগোলসেনে। হিয়াঙ্গৈদা নিংথৌকাবা, থাংজ, নুংমাইচিংনে ফরে। পোইরদা লৈবাকপোকপা, য়ুমশাকৈশা, শগোলসেননে। রাবচাগী থাদা ইরাই থাংজ নোংমাইচিংনে। ফাইরেল থাদা নিংথৌকাবা লৈবাকপোকপা য়ুমশাকৈশানা ওইয়ে। লমদা ইরাই থাংজ নোংমাইচিংনে। অম্মুন্না থা থাগী চৈকাবা নুমিং অসিদা তৌজবা থবক্ত অফবনে। হায়রিবা থাগী চৈ কাবা নুমিং অসিদা থৌরম তৌজবা খিবিক্তী তৎনা রাইতেক্কী দাম মাংহন্দুনা অফবা খিনীক পীনৈএ। অম্মুয়া থাগী থাগী ওইনা নুমিং ৩/৩ মতম লৈয়ে।

## থাহুন মাইকৈ

থানা শিবা মাইকৈগী মাইয়োক্কপা মাইকৈবু থাহন মাইকৈ কৌই। শজিবু, থবান পোইনু চিংথৈ থাশি ওইবনা শন্থোং থাহন মাইকৈ ওইয়ে। কালেন লাংবন রাকচীং অরাং থাশি মাইকৈ ওইবনা মথা থাহন

মাইকৈনে। ইঙা, মেরা, কাইরেল নোংচুপ থাশি মাইকৈ ওইবনা নোংপোক্তা থাহন ওইয়ে। ইঙেন হিয়াঙ্গৈ লমদা কৌক্র থাসি মাইকৈ ওইবনা মৈরমদা থাহন মাইকৈ ওইয়ে। থাসি মাইকৈ অসিদা থৱাই পানবা পুখোক-পুশিন চংখোক চশিন য়ুমহোং কৈহোংবা য়াদবগুম থাহন মাইকৈসু য়াদেয়ে। থাহন মাইকৈ অসি নয়াম্না চংনদবগুম ঔএ। থাশি মাইকৈদগী থাহন মাইকৈনা লেন্না লুই হায়না ইপা ইপু অরিবশিংনা মচা মশু ওইবশিংদা তাকপীরম্মে॥

## থানা নাবা অমস্থুং শিবা

থাশি, থাহন মাইকৈ লৈবগুম্না থানা নাবা অমস্থু শিবা মফম মরম লৈয়ে। শশিবু, থবান, পোইন্নু থা ৩ দি কৌক্রদা নারগা লৈন্নদা শিএ। কালেন লাংবন, ৱাকচীং থা ৩ দি নোংচুপ্তা নারগা মৈরমদা শিয়ে। ইঙা, মেরা, কাইরেল থা ৩ দি মখাদা নারগা কৌক্র ( লিকলম ) দা শিএ। ইঙেন, হিয়াঙ্গৈ লমদা থা ৩ দি শম্লোংদা নারগা মখাদা শিএ। থানা নাবা অমস্থুং শিবা হায়বসে লোইদাম থাজ অত্তবু নত্তে। থাজ মাগী মঙান মশেক্তী তুনিংতনী থকতোরকপা মঙান্না মালেমদা তাবা ওইবনা, নরক্ত পৃথিবীনা খনখিবনা থাজ মাগী মঙান অদো ডাংলৈননা তাইবংগী অনাবা মীংকী মচুগুমএ। থাজ মাগী খোংচংকী মতু ইন্না মাইকৈশিং লৈরিএ। থাজ মাগী মমি শামশিবা মাইকৈবু শিবা কৌএ। মসিবুমা থানা নাবা অমস্থু শিবা হায়রিবাসে থংও। থা থাগী লৈরীবা মাইকৈশিং অসিদা চংখোক চংশিন, শাংযন পুথোক পুশিন, য়ুমহোং কৈহোংবা য়ারেকপা পাংদেয়ে। মসিগী মাইকৈ অসে শামু কৌবা শাদি হায়রিবা মাইকৈশিং অসিদা মখোক ওন্না তুমদেয়ে থংও। শামুনা পঙ্গন শক্তি লৈরিবা, পুন্সি শাংলিবা, মখোক-হারা-ক্রিবসে মরম অসি লৈবননে হায়না ইপা ইপু অরিবশিংনা তাকপী-রম্লবনে থংও।

## থানা থোকপা অমসুং নিনবা

থাজ মানা নাবা অমসুং শিনা লৈবনা, মাগী মঙান মশেক্ক মালেমদা তাদবা য়াদবনা থোকপা অমসুং নিনবা লৈয়ে। শজিবু, থৱান, পোইনু নোংপোক্তা থোক্লগা নোংপোক্তা নিনলে। কালেন, লাংবন, ৱাকচীং মথাদা থোকএ কৌক্রুদা নিনলে। ইঙা, মেরা, ফাইরেন অরাংদা থোক্লগা শন্থোংদা নিল্লে। ইঙেল, হিয়াঙ্গৈ লমদা মৈরমদা থোক্লগা নোংচুপ্তা নিনলে। হায়রিবা থা অসিদা থাজ মাগী মঙান অসে মাইকৈশিং অসিদা তাইবং মুংগী মৈলেন মৈঙানগা চান্নবা ওইয়ে। অদুনা থাশিং, অসিগী মাইকৈশিং অসিদা তাইবং শিন্থা পাংজবদি মপুং ফারবা থাজ মাগুম্না মঙান লৈএ ওইত্ত ওইথক হি য়াই ফংজৈএ।

## কাল লাইজাও লৈবগী ৱা হায়গে

"কাল" কৌবা লাই হায়বসে য়ৈথাই থিংগাইবা পীবা ওম্বা লাই অমনে। মীগী লোন্দা শনিদেববু কাল কৌএ। ঐথোরগীনা থাংজহনবা লাইবুংথৌনে। থবানগী মতুং ইন্না মীৎয়েং হোংএ। মফম অমদা লেংদনা লৈতেয়ে। তাইবং মপুনা লমহেন তুহেনবা থৱাই পানবশিংবু য়ৈথাই থিংগাইবা পীযু হায়না ৱাররুবা থারকপা লাইনে। মাদি লমলোং ৩ ফাংবা, ৪ ফাংবা, ৫ ফাংবা মফমশিংদা থোংগ্রাই চন্দুনা ফমদুনা লৈরম্বা থেংনবা মীওই মহাক্তো পুন্সি তেল্লে। অমরোমদা মহাক্কী তাইবংগী লোইনবা মীরেল শায়াগুম্বনে। কিরবা কালদা চরোং হাবুংনা লাই শাদুনা তমনৈ হায়বা ইপা ইপুগী পাওরৌ লৈরিবনি। অদুনা থৱানশিং অসিদা লৈরিবা মাইকৈশিং অসে য়ারিবমখে হৈশিংনা ৱারী ৱাথোং থিদুনা তাইবং থৌরম পাংজৌও। থবান ১। ৬। ১১। ১৬। ২১। ২৬ অসে কাল মহাক্না নোংপোক মাইকৈদা লৈএ। ২। ৭। ১২। ১৭। ২২। ২৭ অসিদা মথারোমদা য়েংশিন্দুনা

লৈএ। ৩।৮।১৩।১৮।২৩।২৮ নোংচুপ মাইকৈদা য়েংশিন্দুনা লৈএ। ৪।৯।১৪।১৯।২৪।২৯ নি অরাংদা য়েংশিন্দুনা লৈএ। ৫।১০।১৫।২০।২৫।৩০ নিদি লৈথক লৈখাদা য়েংশিন্দুনা লৈএ। মানা লৈবা মাইকৈ অসে লমচং চুমদ্রবদি খুদোংথিনিংঙাইনে। লৈথক লৈখাদা লৈবদা ঈশিং কুম্বা উনচিংবা অরাংবা কাবা পাংদেয়ে। লাইজাও মাদি ওননিংবা ওনবনে। মানা লৈরীবা মাইকৈ অতুদা চংতবা য়াদতনা চংপা তারবদি মাইয়োক্লরবদি নোংপোক্ত শামু ওইনা ফম্লবদি শক্তিক কৎলো। মখাদা কৈ ওইনা ফম্লবদি থরাই পানবা ১ কৎলো। অরাংদা লৈরবদি ঙা ৯ কৎলো। নোংথৌ মতোন্দা ব্রহ্ম ওইনা লৈরবদি কবোক অথুম অহাও কংচতুনা থৌনিরগা চংলো। লন থুম চাওখংতুনা না য়েক্লনা তাইবং থৌরম পাংজবা ঙম্মী হায়তুনা ইপা ইপু অরিবশিংনা তাকপীরম্মে খংও। য়েং ওইনবা, ওই ওইনবা, তুংওইনবা, মাং ওইনবগী বিচার অকুপস্থু ইতুনা কয়া থর্ম্মীরম্মে। য়ুমংতাং কৈজেংবা, থৌদৌ লাংদৌ পাংদবা লৈবনে।

## মৃত্যু লৈবা মাইকৈ

মীওইবা হায়বসে দশাগী মনাইনি। হকচাং হায়বসে লাইথুং ৯০৮ তিল্লগা ওইবনি। লাইথুং ১০৮ বু অমুক শিংলি, নাওরী, তিংলি, য়াংলী, ঙোংলী, পোংলী, পাফলী কৌবা লিংলি ৭ না ফাজিন পুনশিন্দুনা থম্মী। মীওইবগী মশাস্থু অনাবনা য়োমতুনা লৈ। অনাবা অমা কাংবদা দশা হায়বদো লাকই। দশানা ফংত্রবদা মৃত্যু শিবা হায়বদো লাকই। থাগী মঙানগী থরাই পানবা জীবশিংগী মৈলেন মঙানগা মাইয়োক্লবনু মৃত্যু কৌএ। থাজ মাগী খোংচং অসে নুমিংতা লেনা লেনা চংপনে। থাগী খোংচংপু ইপা ইপুশিংনা থবান হায়না লেপ্পতুনা মচা তানা খাইবীরম্মী। থাজ মাগী থকঙোরকপা অথকপা মঙান ভতুনা তারুরিবা মাইকৈ অতুদা তাইবংনা চংলুরবদি মপাঙ্গল শোল্লবা জীবশিংগী মৈশা

মৈঙান মৃংলে অতনা মাইকৈ অহুব মৃত্যু কৌবনে। থবান ৯। ৬ ১১। ১৬। ২১। ২৬ লৈথক থৈখাদা মৃত্যু লৈবনা ঈশিং কুম্বা, উগুম্বা অরাংবা কাবা পাংদেয়ে। মৃত্যু মহাক থেংনরবদি অশি অনা খুদোং-থিবা নংএ। অম্‌মুন্না ২। ৭। ১২। ১৭। ২২। ২৭ নোংপোক্তা লৈএ। ৩। ৮। ১৩। ১৮। ২৩। ২৮ মখাদা লৈএ। ৪। ৯। ১৪। ১৯। ২৪ ২৯ নোংচুপ্পা লৈএ। ৫। ১০। ১৫। ২০। ২৫। ৩০ নি অরাংদা মৃত্যু লৈবনা য়েংঙইনবা অমদি মাইয়োক্লবদা দশা পাংলমদ্রবদি পুন্সি তোলোইগদবা ওইয়ে। চংথোক খোংতোকপা হায়বসে লম্বীদা করি খুদোং চারোইদবা লৈবগে হায়বদো খংদোক্লগা চংকদবনে। হায়রিবা মাইকৈ-সিদা চংলগা য়াইরেকপা থাদোক্লবা হোৎনবীও। চংতবা য়াদ্রবদি মাইকৈ ঙাকপা লাইতাইনদুনা চংপীয়ো ঙমজবা দক্ষীনা মচা অমা লোইনবীয়ো।

## যোগীনি মাইয়োক্লবগী

যোগীনি হায়রিবসি মমিং পাংহোইবা, তৌবা ওম্বা চংলা খো চংনা (L) চিথেক নাইনা চংপনা অখোইবনে। মাগী শোংচংতি অথুবনে। থা খুদিংগী থবানশিং অসিদা মাগী পাংদবা, দশা শোনবদা চিংশিল্লে। ১। ৯। ১৬। ২৪ নোংপোক্তা লৈএ। ২। ১০। ১৭। ২৫ লাইজি লমদা লৈয়ে। ৩। ১১। ১৮। ২৬ মৈরমদা লৈরে। ৪। ১২। ১৭। ১৯ মাই-রাং লাইজিদা লৈএ। ৫। ১৩। ২০। ২৮ নি পানবা মখাদা লৈএ। ৬। ১৪। ২১। ২৯ নি পানবা নোংচুপ্পা লৈএ। ৭। ১৫। ২২ নি পানবদা কৌক্রুদা লৈএ। ৮। ৩০ নি পানবদা চিংথৈদা লৈএ। যোগীনি অসে শগোল ফিতুপ্পা চোংএ। যোগনি হায়রিবসে নোংথাং লৈমা ৭ নে। মাইকৈ ৮গী মতুংইনা মাইয়োক্লরুবগী প্রতিকার থৌনি মখল ৮ লৈএ। নোংথাং লৈমা ওক্লরুবদি মমিৎ মনা থরো থরো ওংখংকনি, ক্ষিবা খংবা তোইগনি। মশা শাগৎ ঙানথৎ তৌগনি। যোগীনিনা

লৈবা মাইকৈদা থৌ চংপা ফত্তে। বাক্সা তৌবদা মাইয়োক্নরবদি অফা-অপুন, অকি-অখং নংই। তুংওইনরবদি ফৈ থবক পাংই। ওহ ওইহনবা কৈ। য়েংওইনরবদি শিয়ে। চংতবা য়াদভুনা চংপা তারবদি ইমা পাম্মোইবীবু খুকুমভুনা চংলবদি অরানা খিবিক কোরুপীয়ে।

## লাইনা লৈবগী মরম খঙনবা হায়গে

তাইবং মীওইবগী থবাক য়াতা ফবদা ওান্থোইরিবা মপৈ ৯২ পান্নীগা চাখাবাগী মৈলেন অহুব্ নুংগী লাই কৌইএ। পানগী লাইসু অমনে। থবানগী মতুং ইন্না লাইগী লৈফম তোংই। মানা লৈবা জাগা মতুংগী থৌরম থৌদা পাংইদেয়ে। থবান ১। ১১। ২১ নি পানবদি লাইনা ইমুং কারন্দা লৈ। লাইনা লাই চাই। অশেংবনি। থবান অসিদা য়ুমতোং কৈতোংবা. য়ুম শাঙ্গাবা. য়ম তৌবা শেম্বা. অপোকপা খুকম্বা পাংদে।

থবান ২। ১২। ২২ নি পানবদি থোংজিন্দা খুলক্তা ময়াম্তা লৈ। লাইনা য়েন চায়। থবান অসিদা কোম্মোং ফাংপা. শেম্বা, তুংচাং পুহনা লৈকাই কোইবা খুন-তোংবা ফত্তে।

থবান ৩। ১৩। ২৩ নি পানবদি কাখদা লৈ। কাংথক শাবা, ফমুং লেংবা, শেম্বা, ফম তোংবা, কাখ লুকখা রাইশিং-রাইশেংবা ফত্তে।

থবান ৪। ১৪। ২৪ নি পানবদি ফুঙ্গা লাইরুন্দা লৈ। লাইনা হুই চাই। করিগী ফুঙ্গ লাইরু কৌরুবনো। লাইনিংথৌনা শায়োন ৫ গা লোইন্না খোংকোপ মভা থাংলক্লে। লৈশিরনবীনা শায়োন ৭ কা লোইন্না খোংকোপ ৭ থাংলক্লে। মভাংনে, লুরাংনে, খুমননে ওতিয়া গুরু শিদবনে ৭ নি পানবা কোরৌ নোংজাগী নোংয়াই চবুক্তা উন্নরে। উনবা মফমবু ফুঙ্গা লাইরু কৌএ। থবান অসিদা ফুঙ্গা তৌবা উৎ রাই পেকপা, মৈফম শেম্বা, থরাই পানবা হাংপা, মৈ পীথোকপনা চিংবা তৌহৈদে॥

থবান ৫ । ১৫ । ২৫ নি পানবদি ইংখোন্দা লৈ। লাইনা ওক চায়। ইংখোল শুবা, মরু মরাং থাবা, অঙাংনুবী পুন্থুনা ইংখোল কোইবা পাংদে। লাইওক তিনওকত্র পাংদেয়ে।

থবান ৬। ১৬। ২৬ নি পানবদি লাইনা খুলক খুন্দোন্দা লৈ। লাইনা শামু চাই। থবান অসিদা খুনহোংবা নিলখোংবা চামিন মৌমিন্নবা, লুহোং কৈহোংবা ফংতে পাংদে।

থবান ৭। ১৭। ২৭ নি পানবদি লাইনা ঈশিংদা লৈ। ইরোই চাই। ইশিংদা কুমহনা ঙাথি তিখিবা ঈশিংদগী লৌখং থেমগৎপা, ইথোং ফাংপা ঈশিংগী লাই খুরুম্বা ইরাং চবান খয়োম পীগৈদেয়ে।

থবান ৮। ১৮। ২৮ নি পানবদি লাইনা লম্বীদা লৈ শগোল চাই। লম্বী থোনবা, লমজেন চেনবা, নিংথৌনা লম চৎপা, মৌথিন-লৌথিন লুহাং খোংদোং পাংদেয়ে।

থবান ৯। ১৯। ২৯ নি পানবদি লাইনা লৌবুক্তা লৈ। লৌভাবা ঈশিং লৌখোং তৌবা, লৌখাও লৌথিন তৌহৈদেয়ে। লৌবুক কুমহৈদেয়ে

থবান ১০। ২০। ৩০ নি পানবদি লাই চীংদা লমলক্তা লৈএ। লাইনা মী চাই। চীংদা মান্দা চৎতুনা উয়ান শিংয়ানবা ফত্তে। শাদানবা, লফৈ-তুফৈ চৎপগী যাত্রা তৌবা পাংদে। খুদোংথিবা অরা-অনা নংবা ওইয়ে। অসুম্না মথক্তা হায়খ্রিবা লাইনা লৈবা থবান নুমিংশিং অসিদা ফত্তে হায়রিবাশিংসি মরুওইনা তৌফরোই। নাংগা লাইপু শলাই খংদে য়াম্না চেকশিনগদবনে। লাইনা চাবা হায়রিবসে য়েন্দুবু, কৈহুবু, শামুহুবু, চাবা নত্তেয়ে। তাইবং ঐখোয়গী মাগী মাগী মতিক ময়াই অহুবু চাই হায়বনে। অহুনা চেকশিনত্রবদি পুন্সি তেননিংঙাই ওইয়ে। লাইশিংদি তাইবংগী অশোইবদা য়েংহনা লৈরীবনে। অহুনা চেকশিনগদবনে খংও।

## ম্ত্রু থোকপা মাইকৈদা চংপা কোকই

মৃত্যু হায়বা লাইদি লোইনবনে। লোইনবা নশক খাউ হান্নবদি মসিনে। মৃত্যু হায়বা লাইসে কুমৈকক কুমৈশাং কৌএ। মৃত্যু কৌবা লাই মঙোন্দা, মথুং অনিমক্তা লালু মতুম ১/১ কংলগা থৌনিয়্। "হে ভাই চান্নবা/হে ইতা চান্নবী নংনা ঐবু কনবীয়্ নংগা ঐগা উনদবা মফমদা লৈবীয়্।" হায়না থুরুমহুনা চংচরবদি মৃত্যুগী অদাবা ঙাকপীএ খংও।

## য়েক্লবা মাইকৈদা চংপা

য়েক্লবা মাইকৈদা চংপা তারবদি হিদাক মনাগা লোইন্না থন্নাই পানবা অমা মাইকৈদুগী লাইহুদা কংলগা থৌনিহুনা চংলু। য়েক্লবা থোকপগী দোষ কোকপীএ। তঙাইফদনা য়েক্লবা ১সুং মৃত্যু থোকপা মাইকৈদগী জীব পানবা পুশিনগে হায়রবদি থোঙান্দা লৈই ৭ (।।। ।।।।) ইরগা লৈইশিংহু কালহল্লকউ তুরেন ৭ লানবা কৌএ মী ওইরবদি মফি হুন্দোক্তুনা চংহল্লো, শা-যন ওইরবদি মতু ৭ ফোইহুনা হন্দোকও ফত্তবা থিনিক তাইবং মপুনা ঙাকপী হায়না ইপা ইপু অরিবশিংনা শিন্থা শিনলম পীবীরয়্বনে।

## য়ুক খৈরবগী রা হায়গে

করিগুম্বা মরম অমদগী য়েক্লবা, মৃত্যু অমসুং কাল মৃত্যুনেচিংবা মাইকৈদা চত্তবা য়াদহুনা চংপা থোক্লবদি ঐনা লৈগদৌনিবা থুঙ্গদৌরিবা থোঙ্গাল অতুদগী থোঙ্গান অমা-অনি হেন্দোক্লা চংলগা "হিং মাইকৈ অসোমদদি ঐগী কালমৃত্যু, য়েক্লবা, মৃত্যু থোকই" হায়হুনা হঙ্গংলল্লগা থুংফমদা চংউ। অমনা মাইকৈ অতুদা ওন্দুনা — মথা ওইরগা—মথা

মাইকৈ মফম অসিদা লোইবা নত্তে ওসিদি ঙাইহাক পোথরগে ঈশ্বগা। অমুম্না মাইকৈ খুদিংগী মাইকৈ মমিং পনগনিয়ে। মসি ইপা ইপুশিংনা শিজিন্নরম্লবা অরুবা পরিংনে খংও।

## থবানগী মতুং ইন্না থবাই ১সুং মীনা লৈনা

থবান ১ পানবদি থরাইনা খুয়াদা, মীনা খুদোন্দা লৈ
থবান ২ পানবদি থবাইনা খুনমদা মীনা লাইবক্তা লৈ।

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ,, | ৩ | , | , | ঙোইদা, | ,, | খদাংদা |
| ,, | ৪ | , | , | পাঙ্খোমদা | ,, | খয়াংদা |
| ,, | ৫ | , | , | নঙ্গন্দা | ,, | চিংবান্দা |
| ,, | ৬ | , | , | নিংঙ্গোংদা | ,, | মীংঙাদা |
| ,, | ৭ | , | , | য়াদা | ,, | লেমফুদা |
| ,, | ৮ | , | , | খেবাঙা | ,, | লেমফুদা |
| ,, | ৯ | , | , | লেংবান্দা | ,, | নিংথুদা |
| ,, | ১০ | , | , | পুঙা | ,, | চিংদা |
| ,, | ১১ | , | , | কোঙা | ,, | নঙ্গন্দা |
| ,, | ১২ | , | , | নাদা | ,, | কোঙা |
| ,, | ১৩ | , | ,, | খ্বাংদা | ,, | খোইরিদা |
| ,, | ১৪ | , | ,, | নাংগন্দা | , | পুকজংদা |
| ,, | ১৫ | , | , | কোক্তা | ,, | হকচাংদা |
| ,, | ১৬ | , | , | খুংনমদা | ,, | কোক্তা |
| ,, | ১৭ | ,, | , | হকচাংদা | ,, | লেমফুদা |
| ,, | ১৮ | , | , | খোজেংদা | ,, | খুমিংতোংদা |
| ,, | ১৯ | ,, | , | য়াদা | ,, | খুজেংদা |
| ,, | ২০ | , | ,, | খদাংদা | , | খোজেংদা |
| ,, | ২১ | , | ,, | মিংতা | , | খুতোন্দা |

থবান ২২ পানবদি থরাইনা থবাক্তা মিনা ফৈবাক্তা লৈ।

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ,, | ১৩ | ,, | ,, | খুাংদা | ,, | খুনমদা |
| ,, | ১৪ | ,, | ,, | খুবাক্তা | ,, | খুয়াদা |
| ,, | ১৫ | ,, | ,, | খদাংদা | ,, | খুদাংদা |
| ,, | ১৬ | ,, | ,, | খোঁজেংদা | ,, | খুনাঙল |
| ,, | ১৭ | ,, | ,, | খুংচেপ্পা | ,, | খুদেন্দা |
| ,, | ১৮ | ,, | ,, | নংগলদা | ,, | ফিনুংদা |
| ,, | ১৯ | ,, | ,, | ফৈবাক্তা | ,, | শমদোন্দা |
| ,, | ৩০ | ,, | ,, | শমদা | ,, | খুনিংদা |

থরাইনা লৈবা হকচাংগী শরুক্ত শোকপা পনবা পাংদে লাইজৌগনলে। মীনা লৈবা জগাদা শোকপা পনবা ওৌবগনা লাইনা ভিনগী থবক থৌরম পাংজদ্রবদি অয়া-অনা তৃরৈ চনবা ওইয়ে। ইরাং চাবান থারগা ফগদননে।

নুমিং ৭ নিদা থরাই, মিবা লৈবা হায়গে;

| | থরাই লৈফম | | মী লৈফম |
|---|---|---|---|
| নোংমাইচিং | কোক্কী য়েংথংবা শরুক | — | ওইথংবা শরুক |
| নিংথৌকাবা | কোক্কী ওইথংবা শরুক | — | য়েংথংবা শরুক |
| লৈবাকপোকপা | য়েংথংবা পাম্বোম | — | ওইথংবা পাম্বোম |
| য়ুমশাকৈশা | ওইথংবা পাম্বোম | — | য়েংথংবা পাম্বোম |
| শাগোলসেন | য়েংথংবা থবাক, নংগল | — | ওইথংবা থবাক, নংগল |
| ইরাই | ওইথংবা থবাক, নংগল | — | য়েংথংবা থবাক, নংগল |
| থাংজ | খোইদৌগী খা থংবা শরুক | — | ফীনুং য়াওফম |

থরাই লৈবা মফমদা শোকপা পনবা কুইনা লাইজৌগনী। মীনা লৈবা মফমদা শোক পল্লগা অওক হৌ অওাও হৌগনী। লাইগী থৌরম ওৌগদবনে।

## থা ১২ নিদা থরাই মিনা তৌবা হায়রগে

| | থরাই লেকম | মি লেকম |
|---|---|---|
| শজিবু | কোক | খুজেং |
| কালেন | নখাং | খুবোম |
| ইঙা | চীনবান | খুউ |
| ইঙেন | খোরী | ফৈবোম |
| থরান | পাম্বাম | ফিমুং |
| লাংবন | থবাক | খোইদৌ |
| মেরা | খোইদৌ | থবাক |
| হিয়াঙ্গৈ | ফিমুং | পাম্বোন |
| পোইনু | ফৈবোম | খোরী |
| ৱাকচীং | খুউ | চীনবান |
| ফাইরেল | খুবোম | নখাং |
| লমদা | খুজেং | কোক |

হায়রিবা থা ১২গী থরাই, মি কৈফমদি মুপা মুপা থরাইগা মিগা ওন্না ওন্না লৈএ। থবানগী মুমিংকী মতুং ইন্না চেল্লুববসু মফমতুদা হোংদনা হঞ্জীনফম ওইয়ে। হায়রিবা থা থাংদা মীতুগী থরাইমি কোনগদবনে হায়না ইপা ইপুনা ইহুনা থম্বীরম্মী। থরাইনা লৈবা মফম্না ফন ফন চোংথোক চোংশিন তৌগনি। মিনা লৈবা মফম্না টিংলপা মিহুন হুনগদবনে ইবীরম্মী। থরাই হায়বদি মুংদা লৈবা মৈ, ঈশিং মুংশিং লৈবাক অতিংঙা মঙামকপুনে পঞ্চভূতসু কৌএ। মি হায়বনা থরাই অহুগী লোইনবা শয়ানে। থা ১২ নিদা থরাইগা মীগা থক্কা খাগা লৈবদি অতৈনা নত্তেয় মুমিং ৩০ নিদা মফম হোংনা চোংনা লৈবগী লৈতাফমনে মসি খংনা থরাই মিবু হিরী কোপ্পরবদি মীথোই মীহেনবা ওইগনিয়ে। থরাই মি চোইরোইয়ে হায়না পুংপাশিংনা ভাকপীরম্বা ইহুনা থম্বীরম্ববু নৈনবীনবা শিন্দোক ইথোকচবনে।

## "থবক তৌবদা সিদ্ধি ওইবা নুমিৎ থবান"

ইরাই নুমিৎতা ১। ৬। ১১। ১৬। ২১। ২৬ নি পাননবা,
য়ুমশাকৈশা „ ২। ৭। ১২। ১৭। ২২। ২৭ „ „
থাংজ „ ৪। ৯। ১৪। ১৯। ২৪। ২৯ „ ,
শাগোলসেন „ ৫। ১০। ১৫। ২০। ২৫। ৩০ „ ,

থোক্লবদি নুমিৎ অদুদা তৌবা থবক সিদ্ধি ওইয়ে। অরুবা অকবা পুন্সিগী কান্নগদবা পোৎ শেম্বা শাবা ফেএ। ফত্তবা দোষ নুমিৎ থবান অসিদা লৈরবসু অত্নক ফত্ববনে থংও॥

## অফবা থবক থাদোক্লদবা

নোংমাইচিংদা থবান ১। ৬। ১১। ১৬। ২১। ২৬ পাল্লবদি
লৈবাকপোকপা , ২। ৭। ১২। ১৭। ২২। ২৭ ,
নিংথৌকাবা, ইরাই, য়ুমশাকৈশাদা ৩। ৮। ১৩। ১৮। ২৩। ২৮ নি ,
শগোলসেন্দা ৪। ৯। ১৪। ১৯। ২৪। ২৯ নি পাল্লবা
থাংজদা ৫। ১০। ১৫। ২০। ২৫। ৩০ নি পাননবা থোক্লবদি অফবা থবক থৌরম তৌফরোইয়ে ফত্তবা ওইয়ে। ফত্তবা তৌবদি অথোইবনে। পাপ থোগ হায়নসু কৌএ।

## মীক্লুপ নাহুম ক্লেন

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| নুংশিংবী | ক্লেন্দা | নুংশিং | লমগী উচেক | রোয়ানা মখারোমদা | পাই। |
| ঈশিংগী | , | লাইজিদগী | , | , নুংশিংলমদা | পাইবনে। |
| থমগী | , | নোংচুপলোমদগী | , | , নোংপোকলোমদা | „ |
| মাহেনদ্রগী | , | মৈরমদগী | . | , নুংশিংলমদা | „ |
| নোংথৌগী | , | অরাংলোমদগী | , | , মৈরমদা | „ |
| লৈবাকী | , | মখারোদগী | , | , অরাংলোমদা | „ |
| নৈগী | , | লিকলমদগী | , | , মৈরমদা | „ |

অস্নুম্না লৈবা মতমগী ক্ষেন খংবা ঙমদ্রবদি তাকাম চনবদি ঙুংশিংকী ক্ষেননে। হকথি খনবদি মৈগী ক্ষেননে। থগোকপদি যমগী ক্ষেননে। লৈ ইংবা ঈশিংগী ক্ষেননে। লিক্রা মত্রগা নোংখিকপবু নোংথোগী ক্ষেননে। হা ওইববু লৈবাক্কী ক্ষেননে। মী অফবা লাকপবু মাহেনদ্রগী ক্ষেননে। মসি খংনা মাত্রা তৌজরবদি ঙমিংতদা ওইগদবা থবক্কী ফল খংবা ঙম্নগদবনে॥

ব্রাংলেন (পুংজা) গী মশক খংনবা হায়গে।

পুং ১৪ না নোংমা শাই

বাংলেন ৬৪ না নোংমা শাই

য়ুথক ৮ না নোংমা শাই

য়ুথক অমদা ব্রাংলেন ৮ লৈ

পুং ১ — ব্রাংলেন ২ গা মিতুপ ৬২ নাহুম ৪

নাহুম ৬৪ না মিকুপ ১ শাই

মিকুপ ৬৪ না ব্রাংলেন ১ শাই।

অস্নুম্না অফবা মতম য়েংনা অফবা থবক তৌও। য়াইফ নোংলেন-গদবানে খংও॥





কংলৈ নাৎ নৈন লুপ্পা ফোংলক্লদবা লাইরিকশিং ঃ—

* চোথে পাথংবা
* নোংপোক নিংথৌ
* ব্লারোই নিংথৌ
* লাইহৌগী হৌরকফম অমসুং মসিগী লায়েং
* য়ুম্বাল পুন্সি লমজিং মৈরা
* কংলৈপাক লাই-ফমলেনশিং

মমল লুপা ২৫/-

Printed at . Malem Printers, Khurai Salanthong